# পিতৃ-তর্পণ

ব্রহ্মসভাগী পণ্ডিতশিংনা
লমজিংবীবা।

অফোঃওবা অমম্বং সম্পাদন তৌবা—
শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মা।

---

মমল লুপা ৫·০০

মরিয়কন্তবা খুৎনম—১৯৮৪ ইং
কপী মশীং—১০০০

---

কথোকচবা

ধর্ম্ম প্রাণ ওইবা ইজাতি পুন্নমক্তা
চন্নবা খুদোল অসি কচ্চরি। ইতি
— সম্পাদক

---

লাইরিক ফংফম
দি ও, কে, ষ্টোর
পাওনা রোড ইম্ফাল
অমসুং
অতৈ লাইরিক য়োনফমশিং।

---

নম্ফম—আর, বি, প্রিন্টিং হাউস,
নাগা মপাল, ইম্ফাল।

# য়াহৈ খরদং

পিতৃ তর্পণ হায়বসি ঐখোয় মীওইবনা তৌদনা তোকপা য়াদবা মশক অমা ওইবনা, অদুগী মথক্তা মসিগী বাংলবা-পাকলবা ভাব অসিবু ভাব তানদবনা ঐখোয় অয়াম্বনা চুম্নগী তৌবা হৌনৈ হায়দুনতা তৌনবা মতৌ লৈবদগী মসিনা ইশা ইশাগী কয়াগী মতিক কান্নহনবগে হায়বদুগী মরমদা চাউরাকপা মশক অমতং উচ্চনিঙদুনা অমদি ইং শোক ১৯৬১ ইংগী 'জাতীয় তর্পণ'দা য়া খরদং ভাঙজনবগী তাঞ্জা ফংখিবদগী মদুগীদমক শেম শাদবা য়াদদুনা খরদং হংজিন-খোংচিন তৌখিবদগী হায়বদি পূকচেল চাউরবা পণ্ডিত অথোইবা শ্রীপরীক্ষিৎ শর্ম্মা ব্যবস্থাকারীনা মাতৃ ষোড়শীগী অর্থ তাকপি খিবদগী মদু ফোংদোকচনিংদুনা তর্পণগী হৌনবী অমদি মরমসু অমুক লাইব্রিক লাইসু কয়া য়েংজদুনা অসিগুম্বা পিতৃ-তর্পণ অসি ফোঙজরি।

সংস্কৃতকী জ্ঞান করিসু লৈজদ্রবা ঐবু লমজিংবীখিবশিংগী মরক্তা শ্রীগোকুলানন্দ শর্ম্মা ব্যবস্থাকারী (কোম্মা ওইরকপা), শ্রীতোনসা শর্ম্মা রাজপুরোহিত, শ্রীদাউজী শর্ম্মা তন্ত্রধার, শ্রীগোকুলচাঁদ শর্ম্মা বিদ্যারত্ন ঐগী ইনাউ শ্রীমণিসনা শর্ম্মা শাস্ত্রী অমদি অথোইবা মতেং পীবিখিবা ইয়াম্বা শ্রীব্রজমনি শর্ম্মা শাস্ত্রী অসিনচিংবা পূকচেল চাওরবা পণ্ডিতশিংনি। পণ্ডিত মণ্ডলী অসিগী লম্মন্দি ঐনা থক শিংবা ঙমলোই; মখোয়গী মতেংনা তৌজবা অবদান অসিগী করিগুম্বা পুণ্য থয়দং ফংফম থোক্লবদি মদু পূম্নমক পণ্ডিত-শিংনা ফংবীবা ওইসনু। মতিক চাবা পণ্ডিতশিং লৈন-লৈনমক করিসু খঙজদবা ঐনা থবক অসিদা খুৎ থাজক্লবগী চাউনা লংশিনজবা অদুগুম্বা ইরান অদুদগীসু মুর্খবু কনবিসনু। ইতি

চঙজরিবা
সম্পাদক

পরামর্শ লৌথিবা লাইরিকশিং—

১। 'ধর্ম্ম—মধুসূদন শাস্ত্রী

২। পুরোহিত-দর্পণ—সুরেন্দ্রমোহন ভট্টাচার্য্য

৩। ক্রিয়াকাণ্ড বারিধি—উপেন্দ্র মুখোপাধ্যায়

৪। ঋগ্বেদ— ( বাঙ্গলা ) লাহিড়ী

৫। যজুর্ব্বেদ— " "

৬। হিন্দু সৎকর্ম্ম মালা—মন্মথনাথ স্মৃতিরত্ন

৭। তিথিতত্ত্ব—রঘুনন্দন ভট্টাচার্য্য

( হৃষীকেশ শাস্ত্রীনা অর্থ তৌবা ।

# পিতৃতর্পণ

—— ০ ——

## তর্পণ

তর্পণ হায়বসি ঈশিংতনা তৌবা পিতৃ-যজ্ঞ মখল অমনি। মীওইবনা নুমিৎ খুদিংগী মপা মপুগী শ্রাদ্ধ শোনফম থোকই, মহু তর্পণনা মহুৎ শীনবা য়াই। মরম অসিদগী অহল্লমম্মা নুমিৎ খুদিংগী ঈরুজবা লোইরগা ঈশিং মনুংদা নত্রগা থারা মথক্তা আচমন তৌরগা ঈশিং খূজোক অহুমনা রামতর্পণ তৌবা চৎনরকই। মসি পাকথোক চাউথোকপা ভমখিদবনা তৌদনা তোকপগী মহুক্তা চৎনরকপনি। তর্পণগী অর্থদি পেন্নবা তৌবা হায়বনি। মী শিবগী তৌবা হৌনবা প্রেত তর্পণদি অশিবা অহুতগীনি অহুগা চহিগী থোকপা পিতৃপক্ষ কৌবা তর্পণ অসিদদি ব্রহ্মা-বিষ্ণু শিবদগী হৌতুনা নাপী শীংবী ফাওবগী পেন্নবা ওইনা পাকথোক্লা তৌনৈ। হিন্দু-শাস্ত্রনা য়াৎলম্বা মীওইবগী পূকচেন চাউনবা, অশেংবা মশাগী ওইজবা ফংনবা শীল্লম্বশিংগী মরক্তা পিতৃ-তর্পণ হায়বসিমু অমনি।

মসিদা ফোংদোক্লিবা ভাবতিঃ— তাইবঙ পানবমু শেম্বীরম-লিবা জগৎ অপুম্বগী মপা অহুমু ইপানি, জ্ঞানগী মৈরা উৎপিহুনা

থম্মোইগী অমস্বা কোকহনবীবা তাইবঙ পানবগী লুচিংবা ওইখিবা মহাপুরুষশিং অতুস্থ পূন্নমক্কী মপানি, পূন্নমক্কা মহাক্কা নক্কবা মরী লৈনৈ, অতুনা ঐখোয়না পূন্নমক্কী য়াইফনবা তৌরগা ঐখোয়গীস্থ অফবা ওইগনি।

সত্যজ্ঞানদি পূন্নমক্কুগী হেল্লি, মরম অতুনা অসিগুস্বা সত্যজ্ঞান পীবিরস্বা পূকচেন চাউবা মহাক অদূবু লাৎনফম থোকই হায়দুনা ইহান হানবমক্কুদা 'দেবতর্পণ'গী বিধান লৈ।

ব্রহ্মা বিষ্ণু অমসুং রুদ্র—লাই অহুম অসিমক ঈশ্বর শক্তিগী তোঙান তোঙানবা মশক অমমনি, অতুনা লাই অহুম অসিনা মাগী মাগী মথৌ কায়দনা পাঙথোকপিনবা হায়বদি মখোয়দগী ঐখোয়গী কান্নজবা ফংনবা মখোয়বু অঙস্বা মগুংদা পেলহনফম থোকই।

মথংদা যক্ষ-রক্ষ উচেক অমসুং লিলনচিংবগী তর্পণ তৌননবা তাক্লি হায়বদি মখোয় অসিস্থ মাগী মাগী মথৌ-মশিন কায়দনা তৌনবা ওইসনু হায়বগী মরমদা মখোয়গী পেন্নবা তৌবগী মওঙ্নি। ফত্রবা লিন ফাওববু সৃষ্টিদা য়াওহল্লম্লিবসি মাগী কান্নবা অমদি শোয়দনা লৈবননি। মরম অতুনা লিনগী জাৎ মথৈবু মাঙহন্লিঙবা অরানবনি—মুন্না খন্থফম থোকই।

মথংদা লাকলে মনুষ্য-তর্পণ। মনুদগী মানব তারকপনি, ঐখোয়নস্থ হায়নৈ, হে মনু-তাইবঙ্-মীওইবা। মীওইবদি খন্থহৈবা জীবনি ( মনন ধর্ম্ম )। কপিল, পঞ্চশিখনচিংবা দার্শনিক ওইবা অতুগা সনক সনন্দনচিংবা ভক্তি-শাস্ত্রগী অহানবা লময়ানবশিং

অসিনা যুগ কয়াগী মমাঙদা য়াম্না থম্থহৈবগী মগুণ চেন্নম্বা ওইবনা হায়বদি মীওইবনা মখোয়গী মপান য়াম্না তাংবা ওইবনা অতুগুম্বা জগৎকী কান্নবা তৌবিরম্বা থম্থহৈবা মহাজনশিং অতুগী মফমদা তৌবীমল্ল খঙ্বা উৎক্ষম থোকই হায়বনি।

ঋষি তর্পণগী ভাবস্থু মথক্কী অসিগা অমত্তনি। ঋষি হায়বদি তত্ত্বদর্শী হায়বনি। অক্ক অক্কবা তত্ত্ব কয়া তাকপিতুনা লমজিংবীবা বশিষ্ঠ অমদি মরীচি-নচিংবনা পেনবীনবা অমদি অহেনবা তত্ত্ব কয়া অমস্থু পুথোকপিরক্কবা মখোয়বু ঐখোয়না পেলহঞ্জনবা তৌবা মওঙদা ঋষি তর্প্পণ তৌবনি।

মথৎদনা দিব্য-পিতৃ-তর্পণ! দিব্য হায়বদি লাইওইথ্রবা নত্রগা করিগুম্বা হিরম অমদা নত্রবস্থু অমদা মাঙবা নাইদ্রবা থোইদোক হেন্দোকপা মগুণ অমা চেনখ্রবা মীওইববু হায়বনি। মীওইবা জাতিবু হিরম কয়াদা চাওখৎহনবীরকপা, লাইমক্কা মান্নবা হায়বদি স্বর্গদা লৈথ্রবা অতুগুম্বা খ্বায়গী মপা ওইরবা মখোয়গী আত্মানা পেনবীসমু নীংতুনা ঐখোয়না ঙমজবা মওঙদা পূজা কৎচবনি। অগ্নিষ্বাত্তা—অগ্নিষু আত্তা হায়বদি নোংথাঙনচিংবা মৈগী থবক্তা হৈশিংবা বৈজ্ঞানীক ওইবা মীওই; সোমসদ :— পরমাত্মা অমদি পদার্থ-বিদ্যাদা হৈশিংবা নত্রগা সোমবিদ্যাদা হৈশিংবা; স্থকালিন :-- মতম থঙবা অসিনচিংবনি। অস্থুম্না মীওইবগী কান্ন কান্নবা কয়া তৌরমতুনা মখোয়না দিব্য ওইথ্রিবা .ভাক্তনি। হুজীক্কী মতমগী অফাওবা বৈজ্ঞানীকশিংগী মফমদা ঐখোয়না লম্মন তোল্লিবা

অসিগুম্না মখোয়গী লম্মনস্থ অস্থুমক তোন্দুনা লৈয়গদবনা কাউনবা লৈত্তনা মখোয়বু ঐখোয়না ইকায় খুম্নবা উৎফম থোকই।

মথংদা যম-তর্পণ—মসিদস্থ মিং কয়ামরুম পল্লি। মখোয় অসিস্থ ঐখোয়না কাউফম থোক্ত্রবা মীওই ভাক্তা ওইবনা মখোয়গীস্থ তর্পণ তৌনবনি।

মথংদা লাকলে পিতৃ-তর্পণ। য়েংগদবা অমদি, ইশাগী ইপা-ইপুগী বাদি হান্না হায়দ্রদুনা কোন্না থম্নল্লিবসি করিগীনো, খ্বায়গী মাঙদা পুখৎলম্বা য়াদবরা? অপোকপা ইপাদগীদি জ্ঞানগী লম্বী উত্তুনা লমজিংবা অতুগুম্বা জ্ঞানীশিং অতুনা হেল্লি হায়বসি খঙননবা তৌরম্বনি। মন্নুনা হায়রম্মী—'অজ্ঞো ভবতি বৈ বালঃ পিতা ভবতি মন্ত্রদঃ।' চহী ফনমক য়ামদুনস্থ খঙদবা মী অতুদি অঙাংনি, জ্ঞানগী মৈয়া উৎপিবা অদুতনা অশেংবা ইপানি।

মথংদা রামতর্পণ, লক্ষ্মন তর্পণ অমুক লাকলে। পুন্নমক অসি শূপচিন্দুনা মসিদা অমুক হায়রি—'আ ব্রহ্ম স্তম্ব পর্য্যন্তং জগত্তৃপ্যতু' তাইবঙ পানবা পুম্বনা পেল্লসম্মু। মন্ত্রদি শন্নগা তাইবঙ খোনবা চাউথ্রবা ভাবনি। মরম অতুনা চৎনবী ঙাকপদং ওইনা ভাব তাদনা 'তৃপ্যতাং তৃপ্যতাং'তা হায়দুনা ঈশিংতমক হৈদোক্লম্বা অতুনদি ইশাদা করিস্থ শুইজদে। তাইবঙ খোন্না চাউথ্রবা অরংবা মঙাল অমনা ইশাগী পুক্নীংদা ঙান্দুনতা লৈনবা হায়বদি পুক্চেল শীক্তনবা, মকারান্নবা ভাব তানা তানা থবক পুন্নমক তৌগদবনি। পুরোহিতনা শোনবীরবস্থ মন্ত্র অতু কন্নিনো, কন্নি হায়ন্নিবনো, মন্ত্রগী ভাব কন্নিনো হংগদবনি। মঙ হা-গুম্না তৌরগা

পূক্লীংদা অপেনবা থক ওইরদে। ব্রাহ্মণ পুরোহিতনসু যজমানবু নীংথিনা ভাব তাহনবীহ্নুনা লনজিংবীরবদি অফবগী মথক্তা অফবতমক ওইরকই।

কৃপ্না য়েংশিল্লবদি তর্পণদা উবা ফংই—পাক চাউরবা তাইবঙ পানবগা ঐ ঐগী ইশাগা তৎনা থানবা য়াক্রবা অচৌবা মরী অমা লৈনৈ। মথক্তা উৎপ্রবা 'আ ব্রহ্মস্তম্ব পর্য্যন্তং জগত্তৃপ্যতু' —লাইদগীনা নাপী ফাওবগী জগৎনা পেল্লসনু—কয়া চাউথ্রবা ভাবনো; অসুম্না ঐগী ইশা অসিবু জগৎ অপূম্বগীনি, জগৎ 'পুম্বসু ঐগীনি হায়বা রাথল অসি তর্পণনা নীংশিংহল্লি। অমরোমদা ইশা ইশাগী ইপা ইপুগী মমিং মথাসু মসিনা তত্তনা নীংশিংহল্লি। ইপা ইপুগী মিং তাকপা ঙমদবসু ঐখোয়গী চাউরবা দোষ অমনি। মরম পূম্নমক অসিনা শাস্ত্রনা পিতৃ-তর্পণ তৌদবা য়াদে হায়রল্লিবনি।

নাস্তিক্যভাবাদ্ যশ্চাপি ন তর্পয়তি বৈ সুতঃ।
পিবন্তি দেহনিঃস্রাবং পিতরো বৈ জলার্থিনঃ॥

—যাজ্ঞবল্ক্যঃ

পরলোকপু থাজদহুনা মচা মশূশিংনা পিতৃ-তর্পণ তৌদ্রবদি ঈশিং খৌরাংলবা মপা মপুশিং অহুনা মখোয়গী মশাদগী ঈ থকই হায়বদি মচামশূশিংগী অফবা ওইদে।

অসিগুম্বা তর্পণ-অসি চেঙনা, যবনা, থোয়দিং নম্রগা সনা লুপা মচুমতনা, ফংত্রগা চুম্নগী ঈশিংতনসু তিংথৌনা ফাওবা থীক্তুনা তৌবা য়াই। ঈশিংদি থবায়গী মশক্তি, অমরোমদা মসিদি থক

ফংদবা লৈতে হায়দুনা মসিনা তর্পণ তৌনবা বিধান শেম্লম্লিবনি। মসিদা মমল চঙবা চঙদবা করিস্থু লৈতে, তৌদনদি তোকক্কদে হায়বনি। ইশা নাত্থুনা চৎপা ঙমজ্রবা ফাওবদা কম্মাণ্ডদস্থু অত্থুম্মক তৌবা য়াই। মত্থু ফাওবদস্থু ঙমদ্রবদি চুম্নগী পুক্লীংতনা ওইরবস্থু তৌগদবনি।

তর্পণ মখল অহুম্নি মত্থুদি, নিত্য-তর্পণ, নৈমিত্তিক-তর্পণ অমস্থুং কাম্য-তর্পণ।

নিত্যতর্পণ—মুমিৎ খুদীংগী তৌবা তর্পণ।

নৈমিত্তিক—শিবা নাবগী তৌফম থোকপা নত্রগা তীর্থ চত্তুনা তৌবা তর্পণ।

কাম্যতর্পণ—করিগুম্বা ফল অমা ফংনীংত্থুনা তৌবা তর্পণ।

বৈষ্ণবশিংনা শ্রীবিষ্ণুগী চরণামৃতনা খ্বায়দগী হেল্লি হায়না থাজনত্থনা মত্থু য়ানবা ঈশিংনা তর্পণ কৎনৈ। মসি হরিভক্তি বিলসকী মতনি। অত্থুগা মত অমদনা গঙ্গাজলতনা অথোয়বনি হায়। গঙ্গাজলগা বিষ্ণুগী চরণামৃতগা পুল্লবদি অহেনবা অমুক ওই। মসিদস্থু অমুক চন্দন তক্কুনা য়ানশিল্লগা মনম ল্যুংশিহনগদবনি।

সনা, লুপা, কোরীনা শাবা পাত্রনা নত্রগা কুশ মনাতনস্থু তর্পণ তৌগদবনি।

পোৎচঙদা থোয়দিং অমুবনা অথোইবনি। বিষ্ণুগী অঙ্গদগী থোকখিবনি হায়দুনা থোয়দিংনা তৌরগা মগুণ হেনবা ওইনা লৌথৎনৈ। থোইদিংনা তৌদ্রবদি ইপা-ইপুশিংনা লাকউ হায়বা য়াদে। হায়রিবসি ঈশিংদা য়ানশিনগদবনি। লাই অমস্থুং

ঋষি তর্পণদা—চেঙ-যব পীগনি, দিব্যমনুষ্যগীনা চুম্নগী ষবতমক পীগনি। পিতৃশিংগীনা—থোইদিং অমুবগা চেঙগা পীগনি।

য়েংকী খুংনিংথোদা সনা নত্রগা লুপাগী খুদোপ নত্রগা কুশগী খুদোপ শিগনি।

অধিকার—নগুণ থাংত্রিবা ব্রাহ্মণমচা, মপা হিংলিবা মচা, ময়ূম পাল্লিবী মো, সংস্কার তৌদ্রিবা শূদ্রনা তর্পণ তৌবা য়াদে। মচামশূ লৈত্রবী লুথ্রাবী নূপীনা মপুরোয়বা, মকুবোক অমদি মকুবু পোকপা মপা—অহুম অসিদংগী তর্পণ তৌবা য়াই। মচিনমনাউ ময়ামগী মরক্তা খ্বায়গী অহম্না তর্পণ তৌগনি। মসি চাক্তিন্নবা কাঙবুগী ব্বানি। অহন্না ঙমদ্রবদা মনাউ অমনা মহুৎ শিন্দুনা অতুম্মক তৌবা য়াই। তোঙান চানববদি তোপ্পা তোপ্পা মহৈ মহৈ তৌনগনি।

ঈশিং কংফান অনিমক্তা তর্পণ তৌবা য়াই। ঈশিংদনা অচোৎপা ফি শেক্তুনা তৌগনি অত্তগা কংফান্দনা অকংবা ফি শেৎকনি। তীর্থদা তৌবা তারবদি ঈশিংদা খোঙনামা থমগনি। খুং নামতনা থক তর্পণ তৌবা য়াদে।

মায় নোংপোক ওন্দুনা দেবতর্পণ তৌগনি।

---

নোংমাইজিং, ইরাই, সপ্তমী, দ্বাদশী, শ্রাদ্ধ হুমিৎ অমসুং মপোক হুমিত্তদি থোয়দিংনা তর্পণ তৌবা শাস্ত্রনা থিংই, য়াদে। অদুবু তীর্থদদি, শিবগী হৌনবী মতম পূমনক্কদি, অমাবস্যাগী শ্রাদ্ধ, বিষুবায়ন-সংক্রান্তি, গ্রহণ, কাওথাবা অসিনচিংবদদি য়াদবা হুমিত্তসু তৌবা য়াই।

* দিব্যমনুষ্যগীনা মায় অৱাং ওন্দুনা তৌগনি।

পিতৃগীনা মায় মখা ওন্না পীগনি।

দেবতর্পণদা নগুণ চুম্না থাংগনি, খোঙ্গ্রাই চন্না ফমগনি। দেবতীর্থদা তর্পণ পীগনি। দিব্যমনুষ্যগীনা নগুণ লৈপৱেংগুম গুক্তা শিগনি। য়েৎকী খূকউ লৈতাগনি, কায়তীর্থদা ইশাদা ওনশিন্দুনা তর্পণ পীগনি।

পিতৃ-তর্পণগীনা মায় মখা ওনগনি, য়েৎকী লেংবান্দা নগুণ থাংলগা ওয়গী শেগা ওন্থগনি অদুগা পিতৃতীর্থদা খুৎ লোংনা তর্পণ তৌগনি। ওয়গী খূকউ লৈতাদুনা ফমগনি। খূকউ অনিগী মপান থোক্না তর্পণ কৎপা য়াদে।

**দেবতীর্থ**—খূৎ অনিমক্কী মতোনবু দেবতীর্থ কৌই। মসিনা লাইদা, ঋষিদা তর্পণ কৎকনি।

**কায়তীর্থ**—খূৎনাউবী মক্কনা মাঙদা ওশিন্দুনা দিব্যমনুষ্যগী তর্পণ কৎকনি।

**পিতৃতীর্থ**-খূৎপী খূদোনবীগী কারকপু পিতৃতীর্থ কৌই। মায় মখা ওন্না ইপা ইপুগী পীবদা শীজিন্নৈ।

কুশ মক্কনা লাইগী, ঋষিগী, ময়ায়না দিব্যমনুষ্যগী অদুগা কুশ মতোন্না মখা ওন্দুনা পিতৃতর্পণ তৌগনি।

তর্পণ তৌবা লোইরগা ঈক্কজরবদি অৱেন্বা ওই। ঈশিং মনুংদা তর্পণ তৌরবদি ঈশিং অদু ইনাক্কুগী কোত্তুনা কাপ

---

* সামবেদ চৎপা মীনা মায় নোংচুপ ওনগনি, যজু, ঋগ চৎপা মীগা শুম্রগনা অৱাং ওইগনি।

অমরোম লাপ্পা পীগনি, কংফান্দনা পাত্র অমদগী পাত্র অমদা হৈজিন্দুনা পীগনি।

খোঙ-খূৎ হামদোক্লগা অহানবদা আচমন অহুম্লক তৌগনি। মসি হকচাং মনুং অমসুং মপান অনিমকপু শেংদোকপা মখল অমনি। মায় নোংপোক ওম্না খোঙ্গ্রাই চন্দুনা ফমগনি। নগুণ চুম্না থাংগনি, ওয়গী পুৎনা শগোল হৱাই-মক্ক অমত্তং লূপ্পা য়াবা ঈশিং অহুক্তং কোরীগী কুশীনা জলপাত্রদগী লৌরগা যণ-মনাকোংঙ্‌ শাবা লোংথোক্তুনা লৈবা য়েংকী খূবাক্তা হাপকনি। মথংদা ব্রাহ্মতর্পনা হায়বদি খূৎপী মরু ওইরপনা ঈশিং অহু বিষ্ণু নীংশিংলগা য়াদা লংশিন্দুনা থক্কনি। বৈষ্ণবশিংগীদি আচমন তৌবা খূদিংদা মথং মথং হায়গনি মহুদি—১। ওঁ কেশবায় নমঃ ২। ওঁ নারায়নায় নমঃ ৩। ওঁ মাধবায় নমঃ। মথংদা মখাগী মন্ত্র অসি পাঠ তৌগনি—

ওঁ তদ্‌বিষ্ণো পরমং পদং সদা পশ্যন্তি সূরয়ঃ।
দিবীব চক্ষুরাততম্‌॥ ১॥
ওঁ অপবিত্রঃ পবিত্রো বা সর্ব্বাবস্থাং গতোঽপিবা
যঃ স্মরেৎ পুণ্ডরীকাক্ষং সবাহ্যাভ্যন্তরং শুচিঃ॥ ২॥

* মথংদা য়েংকী খূৎপী মরুনা য়েংলোমদগী ওয়রোমদা ঈন্দুনা চীনবানবু শে'দোক্লম্লগা খোঙ অমদি কোক্তা ঈশিং থীক্কনি।

---

* অহাঙবা আত্তিয়াদা মিৎ পাঙথোক্তুনা য়েংবদা পোৎ পুম্নমকপু ফো'দোক'পিরিব হু'মিৎ কৌবা লাইবু হেক্তমক উবগুম জানিশিংদি বেদ-শাস্ত্রনা তাকালবা অহুগুম্বা শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী অথোইবা তত্ত্বু হেক্তমক উবা ঙম্মী॥১॥

করিগুম্বা অবস্থাদসু লৈসনু, শেংনা নত্রগা শেংদনসু (মা'নসু) লৈসনু, শ্রীহরিবু নীংশিংজরবদি হুং-পান অনিমক হেক্তমক শেংই॥২॥

মথংদা খূদোম্বী খূংয়ায় অমস্তুং খূংনীংথৌ অহুন্দক্কী মতোম্না (খূংপী খূংনাউবীদি অতুম্মক তিংথোক্তুনা থম্লগা) চীম্বান মথক মথাদা অনিরক শোক্কনি। মথংদা খূংপী খূদোম্বী মতোন শম্লগা য়েংতগী হৌনা নাতোন মখুল অনিমক অমুক অমুক শোক্কনি। মথংদনা খূংপী খূংনীংথৌ অনিগী মতোন শম্লগা য়েংতগী হৌনা মিং অনিমকপু অমুক অমুক শোক্কনি অতুগা মতুগী খূং অতুনা অতুম্মক য়েং-ওয়গী নাকোঙ মখূলস্তু অমুক অমুক শেক্লমগনি। মথংদা খূংপী অমস্তুং খূংনাউবী মতোন শম্লগা খোয়দৌদা অমুক শোক্কনি। মথংদা খূবাক্লা থবাক্তা অমুক্তং শোক্লম্লগা খূংচা মতোন পুম্নমক্কা কোক্তা অমুক অতুগা য়েংবী লেংজূম অমস্তুং ওয়গী লেংজুমদা মথং মনাউ নাইনা শোক্কনি।

ইশা নাতুনা নত্রগা ঈশিং ফংদবা থোক্লবদি বিষ্ণু শোন্দুনা য়েংকী নাকোঙদং শোক্লগস্তু হকচাং শেংদোকপা য়াই।

থবক তৌবা হৌগ্রবদা করিগুম্বা হাকথি থল্লকপা, হকাম চনবা, লোক-তিন শিংপা, খোয়দৌ মথা শোকলুবা মিংকী পি নত্রগা

---

য়েংগদবা— আচমনদা শীজিন্নগদবা ঈশিংগী চাং—

ব্রাহ্মণশিংনা থম্মোই ফাওবদং চোংহনবা য়াবা ঈশিং অচক, ক্ষত্রিয়গীনা খৌজেঙ ফাওবদং য়োবা ওকদবা ঈশিং, বৈশ্যনা চীন মতুং ফাওবদং চঙথিবা কোম্নবা ঈশিং, শূদ্র অমস্তুং নপীগীনা চীম্বান শোকপদং কোম্নবা ঈশিংনা আচমন তৌগনি।

আচমন পাত্র—কোরীগী পাত্রদা হাপ্লা ঈশিংনা আচমন তৌরবদি মগুণ হেল্লি। য়োং, পীথ্রাই, শেঙ্গেংনচিংবগী পাত্রদা আচমন তৌবা হৌনদে।

মিংশাংনচিংবা তৈথোক কোংথোকপা, থগেবা অসিনচিংবা ফত্তবা থবক তৌরুবা, শোকপা য়াদবা শোকলুবনচিংবা তৌরুরবদি অমুক হুম্না আচমন তৌরগা য়েংকী নাকোঙ্ পায়গদবনি।

## মার্জ্জন *

আচমন তৌবা লোইরগা মার্জ্জন অমুক তৌগনি। মসিস্থু হকচাংবু শেংদোকপা মন্ত্র-স্নান মথল অমনি। কুশ-মনা, তিংথৌনা নত্রগা তুলসী মনা অমনস্থু জলপাত্রদা লূপ্ন লূপ্নগা মন্ত্র শোম্না শোম্না কোক্তা অস্থুম্না থীক্কংকনি।

মন্ত্রদি—

১। ওঁ শন্ন আপো ধন্বন্যাঃ শমনঃ সন্তু নূপ্যাঃ।
শন্নঃ সমুদ্রিয়া আপঃ শমনঃ সন্তু কূপ্যাঃ॥

---

১। মরুগী লমদমদগী হোৌরকপা ঈশিংনা, অতোপ্পা ঈশিং লৈফমশিংগী ঈশিংনা, সমুদ্রগী ঈশিংনা অমদি কুহাগী ঈশিংনা ঐখোয়বু মুংঙাই-য়াইফবনচিংবা অফবা 'পূম্বা পীবিবা ওইসনু।

---

* মার্জ্জন তৌবগী চেন্না কূপথবা মওংদি—শান্তিমন্ত্রশিং অসিগী অরোই-বদা 'ব, র, থ' না লোইবা মন্ত্র থীবদা কোক্তা ঈশিং থীক্কনি, 'সে, স্ব, বে' অসিনা লোম্বনা আতিয়:দা (অহাংবদা) থীক্কনি, 'ন' কারনা লোম্নগা লৈবাক্তা থীকথগনি, — অতৈ অয়েম্বনা ইশাদা থীক্কনি।

২। ওঁ দ্রুপদাদিব মুমুচানঃ স্বিন্নঃ স্নাতো মলাদিব।
পূতং পবিত্রেণেবাজ্যমাপঃ শুন্ধন্তু মৈনসঃ॥

৩। ওঁ আপো হি ষ্ঠা ময়ো ভুবস্তা ন উর্জ্জে দধাতন।
মহেরণায় চক্ষসে॥ ১০ম-৯সূক্ত-১ঋ

৪। ওঁ যো বঃ শিবতমো রসস্তস্য ভাজয়তেহ নঃ
উশতীরিব মাতরঃ॥ ১০ম-৯সূক্ত-২ঋ

৫। ওঁ তস্মা অরং গমাম বো যস্য ক্ষয়ায় জিন্বথ।
আপো জনয়থা চ নঃ। ১০ম্-৯সূক্ত-৩ ঋ

---

২। হুমাং শোবা মীনা উথাদা হকচীক লাংবগুম, শেংনা ইরুজথোক্লবা মীনা মশাগী অমোৎপা কোকপগুম, মন্ত্রনা হবিগী (লাইদা হোম তৌনবা পোং অর্থ অমদা ঘি) পোৎলম 'পূস্বা শেংদোকহনবগুম ঈশিংনা ঐবুসু পাপতগী কোবহনবীবা ওইসনু। যজুঃ ২০ অঃ ২০ ক)

৩। ঈশিং পূম্নমক! নখোয়দি অথোইবা নুংঙাইবা পীনহৈবনি মরমদি, মীরমলেন অসিদা নখোয়না ঐখোয়বু চেঙ চাক পীহুনা য়োকপিরি অহুগা লাইরমলেন্দনা ঐখোয়বু ফংঙমদ্রবা পরব্রহ্মগী দর্শন ফংহনবীরি।

৪। মশাগী অমৃত ইনবীহুনা মমানা মচাবু য়োকপিবগুম মঙ্গলগী মশক ওইরবা নখোয়গী অমৃতনা মীরমলেন অসিদা ঐখোয়বু পেনহনবীয়ু॥

৫। হে ঈশিং থিবীক! তাইশঙপানবগী মফম পূম্নমক্তা লৈবা পোং পূম্নমকপু নখোয়না অমৃত পীথক্তুনা পেলহল্লিবা, অহুগুম্বা অমৃত অহু ঐখোয়গীসু শরুক তম্বীহুনা পেলহনয়ু।

৬। ওঁ ঋতঞ্চ সত্যঞ্চাভীদ্ধাত্তপসোঽধ্যজায়ত।
ততোরাত্র্যজায়ত ততঃ সমুদ্রো অর্ণবঃ॥
ওঁ সমুদ্রাদর্ণবাদধি, সংবৎসরো অজায়ত।
অহোরাত্রাণি বিদধদ্ বিশস্য মিষতো বশী॥
ওঁ সূর্য্যাচন্দ্রমসৌ ধাতা, যথাপূর্ব্বমকল্পয়ৎ।
দিবঞ্চ পৃথিবীঞ্চান্তরিক্ষ-মথো স্বঃ॥

মন্ত্র অসি লোইরগা মথাগী শান্তিমন্ত্র অসি অমুক পাঠ তৌগনি মত্থদি—

৭। ওঁ শান্তিরস্তু শিবঞ্চাস্তু বিনশ্যত্বশুভঞ্চযৎ
যত এবাগতং পাপং তত্রৈব প্রতিগচ্ছতু স্বাহা॥

---

৬। মহাপ্রলয়গী মতমদা পরব্রহ্ম মথন্তমক লৈরম্মী, মতম অত্থদদি পূম্নমক অসি শুক্লা মমলম্মী। মথংদা সৃষ্টিগী মমাঙদা ঈশি না চোল্লবা সমুদ্রনা অহানবদা পোকখি।

তাইবঙ্ পানববু শেম্বীবা মপুনা অত্থগুম্বা সমুদ্রগী ঈশিংদা তুংতুনা লৈরগা অয়ুক-মুংথিন নাইহনবা মুমিৎ (সূর্য্য) অত্থগা অহিং খঙ্হনবা চন্দ্র (থা) অনিমক শেমত্থনা চহী হায়বত্থ য়াৎ-লকখিবনি হায়বদি মতম অত্থদগী হৌত্থনা অয়ুক মুমিদাং, ঋতু, নিংথম-কালেন (অয়ন), চহী অসিনচিংববু নিয়ম নাইহনবীরক-খিবনি। অত্থদগী মথং মথং ব্রহ্মানা 'মহ' নচিংবা মথক্তা লৈবা লোক মরি অত্থগা 'ভূ' নচিংবা লোক অহুম্মকপু শেম্বিখি। (পৃথিবী, আকাশ, স্বর্গ অমসুং মহ জন তপ সত্য—মরোন তরেৎ)

৭। পূক্নীংদা শান্তি ফংলসন্নু, ফত্তবা পূম্নমক মাঙখিত্থনা অফবা মঙ্গল ওইরসন্নু; লঙ্শিল্লুবা পাপ পূম্নমকসু লেপ্পা মাঙবা ওইরসন্নু।

৮। ওঁ স্বস্তি ন ইন্দ্রো বৃদ্ধশ্রবাঃ স্বস্তি নঃ পূষা বিশ্ববেদাঃ
স্বস্তি নস্তার্ক্ষ্যো অরিষ্টনেমিঃ স্বস্তি নো
বৃহস্পতির্দ্দধাতু ॥
ওঁ স্বস্তি ওঁ স্বস্তি ওঁ স্বস্তি ॥ ৬ ঋঃ

---

৮। মঙ্গল পুন্নমক্কী ভুংফম ওইবা ইন্দ্রদেবনা ঐখোয়বু ফুংঙাইবগী মশক ওইরবা মঙ্গল পুন্নমক পীনবীসনু, জ্ঞান পুন্নমক্কী হৌফম থিবিক্কী মপু ওইবা অদুগুম্বা পূষা দেবনা ( সূর্য্যদেব ) ঐখোয়বু ফুংঙাইবগী মশক ওইরবা মঙ্গল 'পুম্বা পীনবীসনু, অচুম্বা অফবা লম্বীতদা চৎপা, মঙান চাউবা, কনানসু থিংঙমদবা, হিংসা তৌনবসু লৈতবা, মাঙবা-তাকপসু নাইদবা অদুগুম্বা কালচক্র অমদি অপনবা লৈত্রবা জীবনগতিনা ( পুন্সী খোঙচৎনা ) মাগী ওইবা হায়বদি হিংছুনা লৈবগী মতম লোইবা লৈতবা ( শিবা ( নাইদবা ) অদুগুম্বা 'অরিষ্টনেমি' কৌবা দেবতানা ঐখোয়বু ফুংঙাইহন্নবা ওইবা অদুগুম্বা মঙ্গল অদু পীনবীসনু ; লাইশিংনা য়োকপিরকপা প্রজ্ঞানরূপ ওইবা ( খঙ্দ উদবা লৈতবা ) বৃহস্পতি দেবনা ঐখোয়বু ঙাকপি কোনবীবা ওইসনু।

ভাবার্থদি—লাই পুন্নমক্না ঐখোয়বু ঙাকপি কনবীসনু—অদুগুম্বা কনবী ঙাকপিবগী থবক অদু ঐখোয়না ঐখোয় ইশাগী জ্ঞান প্রভাবতনা মন্নম ওইদুনা ফংজরকপা ওইসনু— অসিনি।

১ম-৮৯-৬ ঋ

# সামবেদীয় তর্পণ

অঙহানবদা অনিরক হল্লা আঁচমন তৌরগা প্রাচীনাবীতি হায়বদি য়েংকী লেংবান্দা মগুণ থাংহনা মায় মথা ওল্লা ওয়গী খ্‌ৰকউ লৈতারগা খুং লোয়হনা মথাগী মন্ত্র অসি থীহনা তীর্থ আবাহন তৌগনি—

১। ওঁ কুরুক্ষেত্রং গয়া গঙ্গা প্রভাস পুষ্করাণিচ
পুণ্যান্যেতানিতীর্থানি তর্পণ কালে ভবন্ত্বিহ ॥

## দেব তর্পণ

মথংদা নগুণ চুম্না থাংহনা মায় নোংপোক ওল্লা থোঙ্গাই চন্দুনা ফল্লগা দেবতর্পণ তৌগনি। দেবতীর্থনা (খুজোক শাবা খুৎকী মতোম্ম পীবা) থোয়দিং য়াওদনা চেঙ্না নত্রগা যবনা (অনিমক তিন্নরবস্থ য়াই) পীগনি।

২। ওঁ ব্রহ্মা তৃপ্যতাং, ওঁ বিষ্ণুস্তৃপ্যতাং,
ওঁ রুদ্রস্তৃপ্যতাং ওঁ প্রজাপতিস্তৃপ্যতাং।

মথংদা মথাগী মন্ত্র অসি থীরগা দেবতীর্থনা ঈশিং * খুজোক অমা পীগনি মহদি—

---

১। কুরুক্ষেত্র, গয়া, গঙ্গা প্রভাস পুষ্কর অসিনচিংবা পুণ্যতীর্থ পুন্নমক্লা তর্পণগী মতম অসিদা পুনবিরবা ওইরসনু।

২। ব্রহ্মানা পেনবীসনু ; বিষ্ণুনা পেনবীসনু ; রুদ্রনা পেনবিসনু ; প্রজাপতিনা পেনবিসনু।

---

য়েংগদবা—খুদোন চদগী তানা শাংবা কুশিনা তর্পণ তৌবা য়াদে।

৩। ওঁ দেবা যক্ষাস্তথা নাগা গন্ধর্ব্বাপ্সরসোঽসুরাঃ।
ক্রূরাঃ সর্পাঃ সুপর্ণাশ্চ তরবো জিহ্মগাঃ খগাঃ।
বিদ্যাধরা জলাধারাস্তথৈবাকাশগামিনঃ।
নিরাহারাশ্চ যে জীবাঃ পাপে ধর্ম্মে রতাশ্চ যে।
তেষামাপ্যায়নায়ৈতদ্দীয়তে সলিলং ময়া॥

৩। লাইশিং, যক্ষশিং, ( অনস্তনচিংবা ) নাগশিং, গন্ধর্ব্বশিং, অপ্সরা অমসুং হিংচাবশিং—শাউগল্লবা লিনগী জাৎ, গরুড়গীজাৎ, উপাম্বীময়াম, খোয়না-চৎপা জীবশিং, উচেকশিং ; বিদ্যাধরশিং, ঈশিংদা লৈবা অমদি আতিযাদা কোয়না পাইহুনা লৈবা—পাপ পুণ্য অনিমক্তা য়াওন্নরিবা ( পাপ চেনবসু, ধর্ম্ম চেনবসু ) চাবা-থকপা ফংত্রবা জীব পুম্নমক অতুনা থক্কুনা পেম্নবগীদমক ঐনা ঈশিং অসি পীজরি।

## মনুষ্য-তর্পণ

মথংদা মায় নোংচুপ ওন্না লৈ পরেং শিবগুম নগুণ ঙক্তা য়াম্বরগা মথাগী মন্ত্র অসি অনিরক থীহুনা কায়তীর্থদা ( খুৎনাউবী মরুদা ) ইশারোমদা ওনশিন্না যব য়ানবা ঈশিং খুজোক অনিথক পীগনি। মন্ত্রদি—

---

* ঈশিং মহুংদা তৌবতদা খুজোক্লা তর্পণ তৌবনি। কংফান্দা তৌরবদি ঈশিং হাপ্পা কুশী অহু হায়রিবা খুৎ মওঙ অসিদা থান্নপা পীগনি।

ওঁ সনকশ্চ সনন্দশ্চ তৃতীয়শ্চ সনাতনঃ।
কপিলশ্চাসুরিশ্চৈব বোঢ়ুঃ পঞ্চশিখস্তথা।
সর্ব্বে তে তৃপ্তিমায়ান্তু মদ্দত্তেনাম্বুনা সদা॥

---

সনক, সনন্দ, সনাতন, কপিল আসুরি, বোঢ়ু, পঞ্চশিখ হায়না কৌবা লাইওইরবা নখোয় পূম্নমক্না ঐনা কচ্চরিবা ঈশিং অসিনা মতম পূম্নমক্তা পেনবিবা ওইসনু।

সনক, সনন্দ, সনাতন—ব্রহ্মাগী মানসপুত্র মক্তনি। নৈষ্টিক ব্রহ্মচারীনি' তপলোকতা লৈ। কপিল--কর্দ্দম-প্রজাপতিগী ঔরসতা দেবহূতিনা পোকপা ভগবানগী মাঙ্গলবা অবতারনি, সিদ্ধশিংগী মপুনি। সাঙ্খ্যদর্শণ মহাক্না পুথোকখিরম্মী। আসুরি—শিবনা অবতার তৌবা 'দধিবামন'গী শিষ্য ঋষি অমনি। বোঢ়ু—মুনিভেদ অমনি। পঞ্চশিখ—সাঙ্খ্যাচার্য্য কপিলগী অবতারনি, জ্ঞানগী মপু ওইবা ঋষি অমনি। মত অমদনা কপিলগী শিষ্য 'আসুরি' না মাগী নূপী কপিলাগা লোয়ননা তত্ত্বজ্ঞান তম্বীখিবদগী তুংদা 'পঞ্চশিখ' হায়না ফাওখিবা অঙাং অমনি।

## ঋষি তর্পণ

অতুগী তুংদা মায় নোংপোক ওন্দুনা নগুণ চুম্না থাংলগা মথাগী মন্ত্র অসি অমমম থীতুনা দেবতীর্থদা ঈশিং খূজোক অমমম পীগনি মন্ত্রদি :—

ওঁ মরীচিস্তৃপ্যতাং ( মরীচি ঋষিনা পেনবিসনু )
ওঁ অত্রিস্তৃপ্যতাং ( অত্রি " " )
ওঁ অঙ্গিরাস্তৃপ্যতাং ( অঙ্গিরা " " )
ওঁ পুলস্ত্যস্তৃপ্যতাং ( পুলস্ত্য " " )
ওঁ পুলহস্তৃপ্যতাং ( পুলহ " " )
ওঁ ক্রতুস্তৃপ্যতাং ( ক্রতু " " )
ওঁ প্রচেতাস্তৃপ্যতাং ( প্রচেতাশিংনা " )
* ওঁ বশিষ্ঠস্তৃপ্যতাং ( বশিষ্ঠ ঋষিনা " )
ওঁ ভৃগুস্তৃপ্যতাং ( ভৃগু " " )
ওঁ নারদস্তৃপ্যতাং ( নারদ " " )

---

ঋষি তরা অসিগী চাউরাকপা মশক তাকলি মথুদি—

১। 'মরীচি—ব্রহ্মাগী অহানবা মানসপুত্রনি। কর্দ্দম মুনিগী মচানুপী 'কলা' লৌতুনা কশ্যপ, পূর্ণিমা অনি পোকই।

২। অত্রি—ব্রহ্মাগী মিৎতগী পোকপা, সপ্তর্ষিগী মঙুং চনবা ঋষি অমনি। কর্দ্দমগী মচানুপী 'অনসূয়া' লৌতুনা দত্তঃ দুর্ব্বাসাঃ অমসুং চন্দ্র অহুম পোকই।

---

* মত্ত অমদদি বশিষ্ঠঋষি মাওদে অতুগা নারদগী মথংদনা ওঁ দেবাস্তৃপ্যতাং ওঁ ঋষয়স্তৃপ্যতাং হায়তুনা লাইশিংগী অপূনবা ওইনা মন্ত্র অনিথকসু হেন্থনা তৌই।

৩। অঙ্গিরা—ব্রহ্মাগী চীন্দগী পোকপা মুনি অমনি। কর্দ্দমগী মচানূপী শ্রদ্ধা লৌতুনা মচানিপা উতথ্য, বৃহস্পতি অদুগা মচানিগোল সিমীবালা, কুহূ, রাকা অমদি অনুমতি তরূক অসি পোকই।

৪। পুলস্ত্য—ব্রহ্মাগী নাকোঙ অনিদগী পোকই। কর্দ্দমগী মচানূপী 'হবিভূ' লৌতুনা অগস্ত্য, বিশ্রবা অনিমক পোকই।

৫। পুলহ—ব্রহ্মাগী খোয়দোংদগী পোকখি। কর্দ্দমগী মচানূপী 'গতি' লৌতুনা যবীয়ান, সহিষ্ণু অনি পোকই।

৬। ক্রতু—ব্রহ্মাগী খৃৎচাশিংদগী পোকপনি। কর্দ্দমগী মচানূপী 'ক্রিয়া' লৌতুনা 'বালিখিল্য' হায়না খঙনবা খূৎপী মরুমতা চাউবা মচা লীশিং হুম্ফুথক পোকখি। মখোয় অসি ঋষি কৌক্তনি।

৭। প্রচেতা—প্রাচীনবর্হী কৌবা প্রজাপতিনা সমুদ্রগী মচানূপী 'শতদ্রুতি' লৌতুনা পোকখিবা মচানিপা তরাগী অপুনবা মমিংনি। প্রজাপতি কৌক্তনি।

৮। বশিষ্ঠ—ব্রহ্মাগী প্রাণদগী পোকপা মচানি। কর্দ্দমগী মচানূপী 'অরুন্ধতী' লৌতুনা 'সপ্তর্ষি' পোকখি। (মসি মত খেন্নবশু লৈ, বশিষ্ঠ মশামক য়াওবা সপ্তর্ষিশু লৈ)।

৯। ভৃগু—ব্রহ্মাগী উনশাদগী পোকই। কর্দ্দমগী মচানূপী 'খ্যাতি' লৌতুনা ধাতা, বিধাতা অমসুং শ্রী পোকই।

১০। নারদ—ব্রহ্মানা শৃদ্রমিংগোনদা পোকপা মচানি দেবর্ষিনি।

# দিব্যপিতৃ তর্পণ

* মথংদা মায় মথা ওন্দুনা য়েৎকী লেংবান্দা নগুণ থাংলগা ওয়গী শেগা ওস্থতুনা, ওয়গী খূকউ লৈতারগা মথাগী মন্ত্র তরেং অসিগী অমমম থীবা লোইরগা পিতৃতীর্থদা (খূৎপী খুদোঙ্গী কারক্তা) থোয়দিং য়ানবা ঈশিং খুজোক অমমম পীগনি মতুদি—

১। ওঁ অগ্নিষ্বাত্তা পিতরস্তৃপ্যন্তামেতৎ সতিলোদকং তেভ্যঃ স্বধা।

২। ওঁ সৌম্যাঃ " " "

৩। ওঁ হবিষ্মন্তঃ " " "

৪। ওঁ উষ্মপাঃ " " "

৫। ওঁ সুকালিনঃ " " "

৬। ওঁ বর্হিষদঃ " " "

৭। ওঁ আজ্যপ্যাঃ " " "

মথংদা যমতর্পণ তৌগনি।

মখাগী মন্ত্র অসিদা য়াওরিবা মিং পূন্নমক অসিগী মমাঙদা ওঁনা হৌরগা মমৈদা নমঃ হায়না লোইশিন্দুনা ঈশিং খূজোক ৩/৩ পীগনি হায়বদি—ওঁ যমায় নমঃ ওঁ ধর্মরাজায় নমঃ অসিনচিংবা মওঙদা। ঙমদ্রেগনা মন্ত্র মপূম অসি অহুম্লক হন্না থীরগা ঈশিং অহুম্লক পীগনি। মসিদস্থু মথক্কী দিব্যপিতৃতর্পণদা তৌখিবা মওঙ অহুদা অতুম্মক লৈগনি। মন্ত্রদ :—

---

১। অগ্নিষ্বাত্তানচিংবা পিতৃশিংনা পেনবীনবা থোয়দিং য়াল্লবা ঈশিং অসি কচ্চরি।

মথংগী অর্থস্থু মিং হোংবতনি অর্থ চপ মান্নে।

---

* মায় মথা ওনবা অসি তর্পণ লোইদ্রিবা কাওবনি।

# যমতর্পণ

ওঁ যমায় ধর্ম্মরাজায় মৃত্যবে চান্তকায় চ।
বৈবস্বতায় কালায় সর্ব্ব ভূতক্ষয়ায় চ॥
ঔডুম্বরায় দধ্নায় নীলায় পরমেষ্ঠিনে।
বৃকোদরায় চিত্রায় চিত্রগুপ্তায় বৈ নমঃ॥

ক্ষত্রিয়শিংগীদি মসিগী মথংদা ভীষ্মতর্পণ তৌগনি। ব্রাহ্মণগীনা পিতৃতর্পণগী মতুংদা তৌগনি। মসিমক্তি ভীষ্মাষ্টমীদা হায়বদি মাঘগী শুক্লা অষ্টমী তিথিতদা তৌগদবনি হুমিৎ থূদিঙগীদি তৌদ্রবস্তু য়াই। মন্ত্রদি—

ওঁ বৈয়াঘ্রপদ্যগোত্রায় সাংকৃতিপ্রবরায় চ॥
অপুত্রায় দদাম্যেতৎ সলিলং ভীষ্মবর্ম্মণে॥

মন্ত্র অসিনা হায়গুম্মা থোয়দিং য়ানবা ঈশিং থূজোক অমা পীগনি। মথংদা থূৎ লোয়হনা খুরুমগনি মহুদি—

---

পাপপুন্যগী ব্রায়েল্লিবা, অশিবগী মশক ওইবা, শিবা নাইহল্লিবা, হুমিৎকী মচা ওইবা, কালগী মশকস্থ ওইরিবা, হকচাং নাইবা থূদীংমকপু মাঙহনবা, যম ১৪ গী মমুং চল্লিবা, ( ঔডুম্বর ) পোলোই থঙহনবা ( দধ্ন ), কুচু শংবা, নোংদম্বা ওইবা, চাবগী পেনবা লৈতবা, চিত্র অমদি চিত্রগুপ্ত ( ফত্তবা পাপ য়েকশিনবা, পুন্য য়েকপা ) হায়নম্ব থঙনবা নখোয় পূম্ববু খুরুমজে।

ভীষ্ম তর্পণ—বৈয়াঘ্রপদ্য ( গোত্র হৌদোকপা মুনি অমা ) গোত্র চৎপা, সাংকৃতি প্রবর ওইবা, মচা পোক্তবা ভীষ্মদেববু ঐনা ঈশিং খুজোক কচ্চরি।

(ওঁ) ভীষ্ম শান্তনবো বীরঃ সত্যবাদী জিতেন্দ্রিয়ঃ।
আভিরদ্ভিরবাপ্নোতু পুত্রপৌত্রোচিতাং ক্রিয়াম্॥

## পিতৃতর্পণ

মথংদা হান্নদগী তৌরক্লিবা মায় মথা ওনবা, নগুন য়েংতা থাংবা অমদি ওয়্গী খূকউ লৈতাবা অহুগী মণ্ডদা অহুম্মক লৈরগা খূং লোম্নহুনা পিতৃ আবাহন তৌগনি মহুদি—

* ওঁ আগচ্ছন্তু মে পিতর ইমং গৃহ্নন্ত্বপোহঞ্জলিং।

মথংদা মথাদা ইরিবা খূদিংমক অসিগী মিং গোত্র অমদি ঐগা থোক্লবা মরী তাক্তুনা মন্ত্র থীনা থীনা ঈশিং খূজোক অহুম অহুমলক পীগনি. মন্ত্রসু ৩। ৩ লক থীগনি। অহুগা মাতামহী ( ইমাপোকপী ইবেন ) নচিংবগীদি মন্ত্রসু অমুক্তমক থীগনি, ঈশিংসু খূজোক অমত্তমক পীগনি।

ণ ওঁ বিষ্ণুরোম্ অমুকগোত্রঃ পিতা অমুকদেব শর্ম্মা
তৃপ্যতামেতৎ সতিলোদকং তস্মৈ স্বধা।
„ „ পিতামহঃ অমুকদেব শর্ম্মা „ „ ।

---

শাস্ত্রগী মচা ওইবা, কনবদা মপা লৈতবা, ব্র চুম শুবা, ইন্দ্রি লাকশিনবা ভম্বা নহাকপু নচানশূ ওইনা ঐনা পীজরিবা ঈশিং অসিনা পেলহন্তবা ওইসহু।

* ইপা ইপু পূম্নমক্না লেংবিরক্তুনা ঐনা কচ্ছরিবা ঈশিং খূজোক অসি লৌবিয়সহু।

ণ অমুকগোত্রঃ হায়রবসিগী মফমদা শিথিনা মীগী গোত্র, অহুগা অমুকদেব-শর্ম্মা হায়বদনা শিথিবগী মিং হাপকনি মহুদি—ওঁ বিষ্ণুরোম্ শাণ্ডিল্যগোত্রঃ পিতা কাহ্নাইদেব শর্ম্মা অসুন্না। ক্ষত্রিয় ওইরগনা কাহ্নাইসিংহ ভ্রাতৃবর্ম্মা

ওঁ বিষ্ণুরোম্ অমুকগোত্রঃ প্রপিতামহঃ অমুকদেব শর্ম্মা

তৃপ্যতামেতৎ সতিলোদকং তস্মৈ স্বধা।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ” | ” | মাতামহঃ | ” | ” | ”। |
| ” | ” | প্রমাতামহঃ | ” | ” | ”। |
| ” | ” | বৃদ্ধপ্রমাতামহঃ | | ” | ”। |
| ” | ” | অমুকগোত্রাঃ মাতা অমুকীদেবী | | | |
| | | তৃপ্যতামেতৎ সতিলোদকং তস্যৈ স্বধা। | | | |
| ” | ” | পিতামহী | ” | ” | ”। |
| ” | ” | প্রপিতামহী | ” | ” | ”। |
| ” | ” | মাতামহী | ” | ” | ”। |
| ” | ” | প্রমাতামহী | ” | ” | ”। |
| ” | ” | বৃদ্ধপ্রমাতামহী | ” | ” | ”। |

---

অহয়া। প্রেত ওইরিবা হায়বদি শিরগা শ্রাদ্ধ শোন্ত্রিবা মীগীদি তর্পণ অসিদা য়াওরোই।

য়েংগদবা—ঐখোয়গী লৈবাক্তা চৎনবদি হুমিৎ, থানচিংবস্থ পম্নৈ মতুদি—

বিষ্ণু বিষ্ণুর্ঁ। তৎসৎ অদ্য মুখ্যচান্দ্র ভাদ্রমাসি কৃষ্ণপক্ষে অমুকতিথৌ অমুকবাসরে অমুকগোত্রঃ পিতা অমুকদেবশর্ম্মা তৃপ্যতামেতৎ শ্রীকৃষ্ণ চরণ তুলসী-নির্ম্মাল্য-মিশ্রিত (চরণামৃত ওইরগনা শ্রীকৃষ্ণচরণামৃত মিশ্রিত) সতিলোদকং তস্মৈ স্বধা।

অদুবু সংস্কৃত হৈত্তবা মীনদি বাগদবা মওঙ লৈবনা মথক্কী লাইরিক্কা হায়বা মওঙ অসিদা শম্না অছুম্বক তৌবনা হেন্না ফৈ।

* থোয়দিংনা তৌবা য়াদবা হুমিক্তদি "সতিলোদকং" অসি হায়রোই, "এতৎউদকং" নত্রগা "এতৎ-চরণামৃত মিশ্রিত উদকং" হায়গনি।

অসিগা মান্নবা মওঙদা **বিমাতা** ( লোম্নবী ইমা ), **জ্যেষ্ঠভ্রাতা** ( ইয়াম্বা অহন ), **পিতৃব্য** ( ইপাগা পোকমিন্নবা ইতোন ), **মাতুল** ( মামা ), **ভ্রাতা** ( ইচিন ইনাউ ), **ভগিনী** (ইচল ইচে), **পিতৃষ্বসা** ( ইপাগা পোকমিন্নবী ইনে ), **মাতৃষ্বসা** ( ইমাগা পোকমিন্নবী ইন্দোন ) অমসুং **সপিণ্ড** ( শাগৈ ) অসিনচিংবা মরী মতাবুসু ঈশিং অমুক অমুক পীগনি। **পিতা, পিতামহ, প্রপিতামহ, মাতামহ, প্রমাতামহ, বৃদ্ধপ্রমাতামহ, মাতা, পিতামহী, প্রপিতামহী, মাতামহী, প্রমাতামহী, বৃদ্ধপ্রমাতামহী**—১২ অসিগী মরক্তা কনাগুম্বা হিংলিবা মী য়াওরবদি মহাক অদুবু থাদোক্লগা মথক্কী হেক থংনবত্ত লৌখত্তুনা ১২ দি শুনবা তৌগদবনি। হায়বদি প্রপিতামহগী মথংদা বৃদ্ধপ্রপিতামহ, বৃদ্ধপ্রমাতামহগী মথংদা অতিবৃদ্ধ-প্রমাতামহ, প্রপিতামহীগী মথংদা বৃদ্ধপ্রপিতামহী, বৃদ্ধপ্রপিতামহীগী মতুংদনা অতিবৃদ্ধপ্রপিতামহী অসুম্না লৌখৎকনি। করিগুম্বা মমিং খঙখিদ্রবা, গোত্রসু খঙখিদ্রবা ওইরগনা 'অমুক' হায়বসি শীজিন্নগনি।

ব্রাহ্মণগীদি পিতৃতর্পণ অসিগী তুংদা ভীষ্ম তর্পণ তৌগনি।

## অগ্নিদগ্ধানচিংবগী তর্পণ

মথংদা মখাগী মন্ত্র অনি অসি শোন্দুনা ঈশিং খূজোক ৩/৩ ( মত অমদনা খূজোক অমমম ) পীগনি। মন্ত্রদি—

**১। ওঁ অগ্নিদগ্ধাশ্চ যে জীবা যেঽপ্যদগ্ধাঃ কুলে মম।**
**ভূমৌ দত্তেন তৃপ্যন্তু তৃপ্তা যান্তু পরাং গতিম্ ॥১॥**

---

১। মৈনা চাকখিবা জীবশিং, ঐগী শাগৈদা য়াওখিবা, মৈদা

২। ওঁ যেঽবান্ধবা বান্ধবা বা যেঽন্যজন্মনি বান্ধবাঃ।
তে-তৃপ্তিমখিলাং যান্তু যে চাস্মত্তোয়কাঙ্ক্ষিণঃ ॥২॥

## রামতর্পণ

মথংদা রামতর্পণ তৌগনি। মথাগী মন্ত্র অসি অহুম্নক হন্না থীরগা ঈশিং অহুম্নক পীগনি। মন্ত্রদি—

ওঁ আব্রহ্মভুবনাল্লোকা দেবর্ষিপিতৃমানবাঃ।
তৃপ্যন্তু পিতরঃ সর্ব্বে মাতৃমাতামহাদয়ঃ॥
অতীতকুলকোটীনাং সপ্তদ্বীপনিবাসিনাম্।
ময়া দত্তেন তোয়েন তৃপ্যন্তু ভুবন ত্রয়ম্॥

## লক্ষ্মণ তর্পণ

মথংদা মথাগী মন্ত্র অসি অহুম্নক থীরগা ঈশিং অহুম্নক পীগনি। মসিনা খ্বায় পূম্নমক্কী অশূপ্পা তর্পণনি। হায়বদি তর্পণ অচৌবা

---

পোৎলোইখিদবশিং মখোয় পুম্নমক অহু ঐনা লৈপাক্কা পীরিবা ঈশিং অসিনা পেনসনু অমসুং অরানবা খুবম ফংনসনু।

২। মরূপ নৎপা নত্তবা অমদি মপোক অমদা ঐগা লুনা তিন্নবা মরূপ ওইরম্বা ঐঙোন্দগী ঈশিং পাম্বা মখোয় অহুনা পেল্লসনু।

রামতর্পণ—তাইবঙ মপূদগীনা লোক পূম্নমক্কা লৈরিবা লাই, ঋষি, মীওইবা পূম্নমক্কী মপা মপুশিং, ঐখোয়গীসু ইপা ইপুশিং, মাতৃশিং অমদি ইমাবোমগী অংল্লমনশিংনচিংবা দ্বীপ তরেৎতা অমদি মরোল অহমমক্কা লৈপ্লবা হৌল্লবা শাগে কোটি কোটিশিং অহুনা ঐনা কচ্চরিবা ঈশিং অসিনা পেনরিবা ওইরসনু।

ঙমদ্রবস্থ মসিতনস্থ তর্পণ তৌবা অতুম্মক শকই। মন্ত্রদি—

**ওঁ আব্রহ্মস্তম্বপর্য্যন্তং জগৎ তৃপ্যতু।**

## বস্ত্রনিষ্পীড়নোদক-তর্পণ

মথংদা মখাগী মন্ত্র অসি থীরগা লৈপাক্তা অমুক্তং ফি মচুম শুমথত্না পীগনি। মন্ত্রদি—

*** ওঁ যে চাস্মাকং কুলে জাতা অপুত্রাগোত্রিণো মৃতাঃ।**
**তে তৃপ্যন্তু ময়াদত্তং বস্ত্রনিষ্পীড়নোদকম্॥**

## ( পিতৃস্তুতি )

মথংদা থৃং লোন্নত্না পিতৃস্তুতি অসি থীগনি মন্ত্রদি —

**ওঁ পিতা স্বর্গঃ পিতা ধর্ম্মঃ পিতাহি পরমং তপঃ।**
**পিতরি প্রীতিমাপন্নে প্রীয়ন্তে সর্ব্ব দেবতাঃ॥**

---

লক্ষ্মণ তর্পণ—তাইবঙ মপুদগীনা নাপীশী, বী ফাওবগী জগৎনা পেল্লসনু।

বস্ত্রনিষ্পীড়ন—ঐগী শাগৈদা পোকখিবা, মচামশু থনমদনা শিখিবা, গোত্র লৈত্রবা মথোয় অত্তনা ঐনা পীজরিবা ফি মচুম অসিনা পে[illegible]নু।

পিতৃস্তুতি—ইপানা স্বর্গনি, ইপানা ধর্ম্মনি, অথোইবা লাই-নিঙস্থ ইপাতনি। অত্তুগুম্না ইপানা পেনবিরগা লাই পুন্নমক্কস্থ পেনবিবা ওইরিবনি।

---

• ঈশিং চুম্নবা ফিবু থোইদিং য়াল্লবা ঈশিংদা লুপলগা। ওমথত্না পীবনা লাইগুরুনা চৎনরকই।

# পিতৃ-নমস্কার

মথংদা খূৎ লোন্নতুনা মথাগী মন্ত্র অসি অত্তম্মক শমথগনি অমস্থং থীবা লোইরগা দণ্ডবৎ তৌতুনা খুরুমগনি। মন্ত্র থীনা থীনা খুরুম্বস্থ চৎনৈ।

**ওঁ পিতৃন্নমস্যেদিবি যে চ মূর্ত্তাঃ**
**স্বধাভুজকাম্যফলাভিসন্ধৌ !**
**প্রদানশক্তাঃ সকলেপ্সিতানাং**
**বিমুক্তিদা যেহনভিসংহিতেষু॥**

মথংদা খূৎ লোম্নতুনা হায়গনি।

**ওঁ অদ্য কৃতৈতৎ তর্পণ কর্ম্মাচ্ছিদ্রমস্তু।**
**ওম্ অদ্য ইত্যাদি—কৃতেহস্মিন্ তর্পণকর্ম্মণি**
**যদ্ যদ্বৈগুণ্যং জাতং তদ্দোষপ্রশমনায়**
**শ্রীবিষ্ণু স্মরণমহং করিষ্যে—**
**ওঁ বিষ্ণু ওঁ বিষ্ণু ওঁ বিষ্ণু—**

---

পিতৃনমস্কার— স্বধা হায়না শোন্দুনা চাননবা পোৎ পীহন্নিঙবা, ফল পাম্বা মীদা লেপ্নমক ফল ( মহৈ ) পীবিবা ঙম্বা অতুগা অপাম্বা লৈত্রবা মীদনা অরানবা খুবম পীনবীবা ঙম্বা অতুগুম্বা লাই ওইরবা ইপা ইপু পুম্নমকপু খুরুমজরি।

অচ্ছিদ্রাবধারণ—"ঙসি তৌরিবা তর্পণ অসিদা দোষ লৈতবা ওইরসনু" হায়তুনা মাঙদা ঈশিং কুশী অমা উপশিন্না হৈদোক্কনি।

ঙসি তৌরিবা তর্পণ অসিদা করিগুম্বা দোষ ওইবা য়াওথিবশিং পুম্নমক অতু কোক্কনবগীদমক ঐনা শ্রীবিষ্ণুবু স্মরণ তৌজরি। ওঁ বিষ্ণু ওঁ বিষ্ণু— ( মসি ১০ ৱক হন্না শোনগনি )।

ওঁ প্রীয়তাং পুণ্ডরীকাক্ষঃ সর্ব্ব যজ্ঞেশ্বরো হরিঃ।
তস্মিংস্তুষ্টে জগৎতুষ্টং প্রীণিতে প্রীণিতং জগৎ।
ময়া যদিদং তর্পণকর্ম্ম কৃতং তৎসর্ব্বং
শ্রীবিষ্ণু চরণে সমর্পিতম্।

অসুম্না তর্পণ তৌবা লোইরগা মখাগী মন্ত্র অসিনা সূর্য্যদা অর্ঘ্য কৎকনি, মন্ত্রদি—

* ১। ওঁ নমো বিবস্বতে ব্রহ্মন্ ভাস্বতে বিষ্ণুতেজসে।
জগৎসবিত্রে শুচয়ে সবিত্রে কর্ম্মদায়িনে।
২। ওঁ এহি সূর্য্য সহস্রাংশো তেজোরাশে জগৎপতে।
অনুকম্পয় মাং ভক্তং গৃহাণার্ঘ্যং দিবাকর॥
ওঁ শ্রীসূর্য্যায় নমঃ॥

---

যজ্ঞ পুম্নমকী মপু ওইরিবা শ্রীবিষ্ণুনা পেনবীসনু। মহাক্না পেনবিরগা জগৎনা পেল্লিবনি। ঐনা তৌজরিবা তর্পণগী থবক পুম্নমক অসি শ্রীবিষ্ণুগী চরণদা কথোকচরি।

১। পরব্রহ্মগী মশক ওইবা হে সবিতৃদেব, নহাক্তি নঙাল নশা চাউবনি, তাইবঙ পুম্বদা নঙাল শন্দোকপনি, জগৎ তাইবঙ পানবগী মপুসু নহাক্নি, নঙ্দি মক্তবা অশেংবা অন্নবনি, থবক পুম্নমকসু নহাক্না পোকহল্লকপনি—ইবুংঙো নহাকপু ঐনা খুরুমজে।

২। নঙান নশেক লীশীং লীশীংনা নঙগী ওইবা, মঙানগী হৌফম ওইবা, জগৎকীসু মপু ওইরিবা হে অঙানবা (সূর্য্য) লাকপিয়ু, কচ্ছরিবা অর্ঘ্য অসি লৌবিদুনা ননাই ওইবা ঐবু চানবিয়ু।

---

* বৈষ্ণবশিংগীদি সূর্য্যার্ঘ্য অসি তর্পণগী মমাঙদা ইহান হান্না তৌনৈ।

অসি হায়দুনা ঈশিং খূজোক অহুল্লক মায় নোংপোক ওন্দুনা শীগনি, মথংদা খুং লোম্নহুনা খুক্লমগনি। মন্ত্রদি—

**ওঁ জবাকুসুমসঙ্কাশং কাশ্যপেয়ং মহাদ্যুতিম্।**
**ধ্বান্তারিং সর্ব্বপাপঘ্নং প্রণতোঽস্মি দিমাকরম্।**

---

জবাকুসুম কৌবা লৈ অহুগী মচুগুম ঙাংশঙ্ ঙাঙ্বা, কশ্যপমুনিনা পোকপা, মঙাল য়াম্না চাউবা, অমম্ববু মাঙ্হনবা, পাপ পূম্নমকপুম্ব কোকহনবা ঙম্বা, অয়ুক নুংথিল থঙহনবীরিবা ইবুংঙো নঙ্বু খুরুমজৈ।

# যজুর্ব্বেদ চৎপা মী অমসূং শূদ্রশিংগী তর্পণ

মায় নোংপোক ওন্না আচমন তৌবা লোইরগা মায় মখা ওন্দুনা নগুণ ওয়দা থাংলগা খুং লোন্নহুনা সামবেদীগী তর্পণদা ইখিবা মন্ত্র অহুনা তীর্থ আবাহন তৌগনি মহুদি।

**ওঁ কুরুক্ষেত্রং গয়া গঙ্গা**···অসিনচিংবা।

মথংদা মখাগী মন্ত্র অসি থীহুনা লাইশিংবু আবাহন তৌগনি মহুদি—

**ওঁ দেবা আগচ্ছন্তু** ( লাইশিংনা লাকপিসনু )

মথংদা নগুণ চুন্না থাংহুনা মায় নোংপোক ওন্না ফম্লগা সামবেদী তর্পণগা চপ মান্নবা দেবতর্পণদগীনা যমতর্পণ ফাওবা করিস্থু কায়দনা অহুম্মক তৌগনি।

মথংদা পিতৃতর্পণ তৌগনি। মায় মখা ওন্দুনা খুং লোন্নরগা পিতৃ আবাহন তৌগনি মহুদি—

**ওঁ পিতৃন্ আবাহয়িষ্যে—**

**ওঁ আবাহয়**—মসি হায়হনগনি। মথংদা মখাগী মন্ত্র অনি অসি থীগনি—

১। **ওঁ উশন্তস্ত্বা নিধীমহ্যুশন্তঃ সমিধীমহি।**
**উশন্নুশত আবহ পিতৃন্ হবিষে অত্তবে ॥১॥**

---

পিতৃআবাহন—ইপা-ইপুশিংবু কৌজরি।

( শূদ্রশিংদি ওঁ হায়বসি থাদোক্লগা মখাগী অতৈ অহুতমক হায়গনি। )

১। হে মৈ কৌবা লাই! ফল পামজহুনা নহাকপু ঐখোয়না

২। * ওঁ আয়ান্তু নঃ পিতরঃ সৌম্যাসোঽগ্নিষ্বাত্তাঃ
পথিভির্দেবযানৈঃ অস্মিন্ যজ্ঞে স্বধয়া
মদন্তোঽধিব্রুবন্তু তে অবন্তস্মান্ ॥২॥

৩। ওঁ উর্জ্জং বহন্তীরমৃতং ঘৃতং পয়ঃ কীলালং
পরিশ্রুতং স্বধাস্থ তর্পয়ত মে পিতৄন্ ॥

---

স্থাপন তৌজরি। ফল পামদুনা ঐখোয়না নঙ বু হৌগৎচরি। ফল পাম্বা ওইবীদুনা নহাক্লস্ফু ফল পাম্নবা ইপাইপুশিংবু ঐখোয়না পীজরিবা হবি পূন্নমক অসি চাননবগীদমক কৌবিরকউ।

(যজুঃ ১৯অঃ ৭০ ক)

২। সোম অমদি অগ্নিম্বাত্তানচিংবা ঐখোয়গী পিতৃশিংনা দেবযান কৌবা লাইগী লম্বীদা লাকপিদুনা স্বধা হায়না পীজরিবা পোৎলমশিং অসিনা পেনবিদুনা ঐখোয় খিবীকপু অফ-মুঙাই পূন্নমক ফংজনবা বর পীবিরমসনু অমদি ঙাকপি-কনবীসনু।

(১৯ অঃ ৫৮ ক যজুঃ)

৩। অমাঙ্ অতা লৈত্রবা অমৃতগা মান্নবা হায়বদি লাইগী চীঙ্গাকমক্কা মান্ননা মক্রুবা তশেং তশেংবা অমদি নীংথিনা থোংবা-থাকপা তৌন্নবা; ঘি মক্কা মান্নবা শঙ্গোমগী মশক ওইবা অমদি চারদা মতিক চারবা অথোংবা চাক্কী মশক ওইরবা—অতুগুম্বা চাক অদুবু পুরিবা তাইবঙ পানবগী থন্নায়মক ওইবা অতুগুম্বা হে জীব পূন্নমক! ইপা ইপুশিংগী মচীঙ্গাক ওইবীদুনা নখোয়না

---

* শূদ্রশিংগীদি 'আগচ্ছন্তু মে পিতর ইমং গৃহ্ণন্ত্বপোঽঞ্জলিং হায়বা অসিনা পিতৃ আবাহন তৌগনি।

অস্থম্না আবাহন তৌব়গা মখাগী মন্ত্রশিং অসি অহুম অহুম্লক থীহ্না ঈশিং থৃজোক ৩। ৩ লক পীগনি মহ্নদি—

* ওঁ বিষ্ণুরোম্ অমুকগোত্র পিতঃ অমুকদেবশর্ম্মন্
তৃপ্যস্ব এতত্তে সতিলোদকং স্বধা।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ওঁ | ” | ” | পিতামহ | ” | ” । |
| ” | ” | ” | প্রপিতামহ | ” | ” |
| ” | ” | ” | মাতামহ | ” | ” । |
| ” | ” | ” | প্রমাতামহ | ” | ” । |
| ” | ” | ” | বৃদ্ধপ্রমাতামহ | ” | ” । |
| ” | ” | অমুকগোত্রে মাতঃ অমুকীদেবী তৃপ্যস্ব | | | |
| ” | ” | ” | পিতামহি | ” | ” । |
| ” | ” | ” | প্রপিতামহি | ” | ” । |

[ মাতামহিনচিংবদি ঈশিং থৃজোক অমমমতমক পীগনি ]

ওঁ অমুকগোত্রে মাতামহি অমুকীদেবি তৃপ্যস্ব।

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ” | ” | প্রমাতামহি | ” | ” । |
| ” | ” | বৃদ্ধপ্রমাতামহি | ” | ” । |

---

মখোয়বু পেল্হন্নবা তৌবিযু হায়বদি মখল মখা অয়াম্বা চীঙাকী মশক লৌহ্না লৈবিবা অহুগুম্বা থবায় পানবা নখোয় খিবীক্লা ঐগী ইপা-ইপুশিংবু পেলহনবীযূ। ( হিন্দু সংকর্ম্মমালা ৩য় ভাগ ২৮ পৃঃ )

---

* স্নেংগদবা—ক্ষত্রিয়গীদি দেবশর্ম্মন্‌গী মহুত্তা 'ভ্রাতৃবর্ম্মন্' হায়গনি, শূদ্রনা 'দাস' হায়গনি অহুগা স্বধাগী মহুত্তা নমঃ হায়গনি অমম্ভং মন্ত্রগী অহৌবদা ওঁ অসিমা হায়বা য়াঁদে।

কনাগুম্বনা স্বধা'গী মমাঙদা 'তুভ্যং' হাপ্পবস্থ য়াওই।

মথংদদি ইখুড়া ইতোননচিংবা অতৈ অতৈ মরী মতা পূন্নমক তৌবা য়াই। মখা তাবা হৌনবা অতৈ থবকশিংদি সামবেদীগী তাকল্লিবা অহুগা চপ মান্নরগনি। শূদ্রনা যমতর্পণগী হেক মথংদা ভীষ্মতর্পণ তৌগনি।

মথ দা মথাগী মন্ত্র অসি অহুম্লক হন্না পাঠ তৌরগা ঈশিং খূজোক অহুম থক পীগনি মথুদি—

১। ওঁ নরকেষু সমস্তেষু যাতনাসু চ যে স্থিতাঃ।
তেষামাপ্যায়নায় এতৎ দীয়তে সলিলং ময়া।

২। ওঁ যেঽবান্ধবা বান্ধবা বা যেঽন্যজন্মনি বান্ধবাঃ।
তে তৃপ্তিমখিলাং যান্তু যে চাস্মত্তোয়কাঙ্ক্ষিণঃ॥

মসিগী মতুংদদি সামবেদী তর্পণদা তৌখিবা পূন্নমক অহু লোইবা ফাওবা অহুম্মক মান্নমা চথরগনি।

---

১। নরক পূন্নমক্তা অৱাবা খাওদুনা লৈরিবা মখোয় অতুগী পেন্নবগীদমক ঐনা ঈশিং অসি পীজরি।

২। মসিগী অর্থদি সামবেদী তর্পণদা য়াওরে।

# ঋগ্বেদী তর্পণ

ঋগ্বেদী ব্রাহ্মণশিংনা যজুগীগুম্না অহানবদগীনা যমতর্পণ ফাওবা তৌগনি। থেম্নবমক্তবু 'তৃপ্যতাং'গী মহুত্তা 'তৃপ্যতু' অহুগা 'তৃপ্যন্তাং'গী মহুত্তা 'তৃপ্যন্ত' হায়গদবতনি। পিতৃতর্পণগী মওঙদি—

বিষ্ণুরোম্ অমুকগোত্রং পিতরং অমুকদেব শর্ম্মাণং
তর্পয়ামি এতৎ সতিলোদকং তস্মৈ স্বধা নমঃ।
" " পিতামহং " "।
" " প্রপিতামহং " "।
" " মাতামহং " "।
" " প্রমাতামহং " "।
" " বৃদ্ধপ্রমাতামহং " "।

" অমুকগোত্রাং মাতরম্ অমুকীদেবীং তর্পয়ামি
এতৎ সতিলোদকং তস্যৈ স্বধা নমঃ।
" পিতামহীং " " "।
প্রপিতামহীং " " "।

[ মথাগী অসিদি ঙৈশিং খূজোক অম্নমমতমক পীগনি ] :—

বিষ্ণুরোম্ অমুকগোত্রাং মাতামহীং অমুকীদেবীং তর্পয়ামি
এতৎ সতিলোদকং তস্যৈ স্বধা নমঃ।
" " প্রমাতামহীং " " "।
" " বৃদ্ধপ্রমাতামহীং " " "।
" " পিতৃব্যং অমুকদেব শর্ম্মাণং তর্পয়ামি

অসিনচিংবা নক্নবা মরী অতৈস্না মওঙ অসিদা পীবা য়াম্নে। মথাগী অতৈ পূম্নমক সামমেদী তর্পণগুম্না তৌগনি॥

---

পিতৃ আবাহনগী মন্ত্রস্ব যজুঃ গা মাম্নগনি।

# মহালয়া শ্রাদ্ধ

থা থুদীংগী কৃষ্ণপক্ষদা, তীর্থ চৎপা অমদি লৈত-লাইরনা মরম ওইহনা শ্রাদ্ধ শোনবা ঙমত্রবদা, সৌর আশ্বিন, ফাল্গুণ অমদি জৈ্যষ্ঠ থা অহুম অসিগী অমাবস্যাদা থোইদিং য়ানবা ঈশিংতনা ওইরবস্তু য়াম্না থাজবগা লোয়ননা শ্রাদ্ধ শোনগদবনি। অসিগুম্বা শ্রাদ্ধবু পার্ব্বণ-শ্রাদ্ধ কৌই। মুখ্য-চান্দ্র ভাদ্রগী অমাবস্যাদদি প্রেতপুরী অসি পূমহাঙ হাঙই, কনাস্তু লৈতে। মুমিৎ অসিদদি ইপা ইপু পূম্নমক্না মচা মশূশিংদগী, শ্রাদ্ধগী পোৎ চাননবগীদমক লাকনৈ। স্কন্দপুরাণনা হায়, ভাদ্রমাস লাকপা উবদা পিতৃশিংনা হরাঊজবনা জগোই শাই। মচা মশূশিংনা মতম অসিদা শ্রাদ্ধগী থবক তৌরম-ত্রবদি নীংবা কায়হনা, কোকঙমত্রবা অভিশাপ তৌরম্লগা হনখি। অদুবু মুমিৎ অসিমক্তদা শোনবা ঙমহৌদ্রবস্তু দীপান্বিতা [ মুখ্যচান্দ্র আশ্বিন ] থাশি মুমিত্তদি তঙাইফদনা পার্ব্বণ তৌদবা য়াদে। মুমিদাংদনা উল্কাদান তৌনৈ। চাউমনবদগী ঐথোয়না লাইরিক অসিদদি মতুগী অকূপ্পা ক্রমনচিংবত্থ ইদ্রে। অসিগুম্বা পার্ব্বণ শ্রাদ্ধ অসি শোনবা হেক লোইবদা তৌফম থোকলবস্তু ঙমদবা মীনা চুম্নগী ষোড়শ পিণ্ডদানত ওইনস্তু তৌনবা য়াঙই। ষোড়শপিণ্ডদান অসিদা মীশি চাদনা শিথিবনচিংহনা করিগুম্বা মরম অমনা লানবা ঙমদনা লৈরবা, মরূপ নৎপা নত্তবা, শাগৈ নৎপা নত্তবা, কল্লকপা য়েংথীবা করি অমত্তা থাক্তনা মথোয় অতুগী লাম্নবা পিণ্ড পীবগী

---

সৌর আশ্বিনগী ( লাংবন ) অমাবস্যাগা কার্ত্তিক ( মেরা ) অমাবস্যাগা অনি অসিবু "মহালয়া" কৌই।

মণ্ডনি। শোল্লিবা মন্ত্রশিং অসিনা হায়রিবশিং অসি অতুম্মক কৌংদোকই। মথং মথং ক্রমনচিংবা মখাদা উৎলি—

## ষোড়শপিণ্ডদান নত্রগা পিতৃ-ষোড়শী

অহানবদা স্বস্তিবাচননচিংবা তৌদুনা হৌনবী মতুংইন্না ঘট লাত্তুনা পঞ্চদেবতা পূজা লোইরগা যজ্ঞেশ্বর বিষ্ণুদা অমসুং বাস্তুপুরুষদা ভোজ্য অমা কৎকনি। মন্থদি—

এতৎ পাদ্যং ওঁ বাস্তুপুরুষায় নমঃ।
এতৎ স্নানীয়জলং ওঁ বাস্তুপুরুষায় নমঃ॥
এতানি তে গন্ধ-পুষ্প ধূপ-দীপ নৈবেদ্য তাম্বুল বাসাংসি ওঁ বাস্তুপুরুষায় নমঃ॥

পূজা কৎপা লোইরগা থুং লোম্নতুনা খুরুমগনি মন্থদি—

ওঁ সর্ব্বে বাস্তুময়া দেবাঃ সর্ব্বং বাস্তুময়ং জগৎ।
পৃথ্বীধরস্তু বিজ্ঞেয়ো বাস্তুদেব নমোঽস্তুতে॥

মথংদা দক্ষিণা লোয়নরবা, আচ্ছাদন ফিনসু কুপ্লবা ভোজ্য অদুবু পূজা তৌগনি মন্থদি—

এতে গন্ধপুষ্পে ওঁ সাচ্ছাদনায়ৈ সদক্ষিণায়ৈ ভোজ্যৈ নমঃ॥

অসুম্না পূজা তৌরগা মথংদা যজ্ঞেশ্বর বিষ্ণুবু অমুক পূজা কৎকনি মন্থদি—

---

য়ুম-ইংখোলনচিংবা পোং পূন্নমক লাইগী মশক্তি, তাইবঙ অপুম্বসু বাস্তুদেবগী মশক্তি, পৃথিবী পুরিবা অনন্ত অতুমকনি খঙনরিবা অদু-গুম্বা বাস্তু-পুরুষপু ঐনা খুরুমজরি।

**ওঁ এতৎ অধিপতয়ে শ্রীবিষ্ণবে নমঃ।**

মথংদা লৈ-শুনা বিষ্ণুদা অমুক কৎকনি মন্ত্রদি—

**ওঁ এতৎ সম্প্রদানীভূত যজ্ঞেশ্বর শ্রীবিষ্ণবে নমঃ॥**

মথংদা ভোজ্য অত্থু সংকল্প তৌদুনা বিষ্ণুদা কৎকনি। সংকল্প মন্ত্রদি—

বিষ্ণু বিষ্ণুরোম্ তৎসদদ্য মুখ্যচান্দ্র ভাদ্র মাসি কৃষ্ণেপক্ষে অমাবস্যান্তিথৌ অমুক বাসরে অমুক গোত্রঃ শ্রীঅমুকদেব শর্ম্মা পার্ব্বণশ্রাদ্ধ অনুকল্পে করিষ্যমান পিতৃতর্পণ-ষোড়শপিণ্ডদান কর্ম্মাদি অভ্যুদয়ার্থং সোপকরণং ভোজ্যং সদক্ষিণং ভগবতে যজ্ঞেশ্বর শ্রীবিষ্ণবে তুভ্যমহং সম্প্রদদে।

মথংদা মাগী মাগী সংকল্পসূক্ত পাঠ তৌগনি। সংকল্পসূক্তদি :—

সামবেদ চংপশিংগী—

১। ওঁ দেবো বো দ্রবিণোদাঃ পূর্ণাং বিবষ্ট্যাসিচম্। উদ্বা সিঞ্চধ্বমুপ বা পৃণধ্বমাদিদ্বো দেব ওহতে॥

(৭ ম ১৬ সূঃ ১১ ঋঃ)

---

১। হে মীওইবা! মরাং কায়না নখোয়না কৎচবা সোম নত্রগা ঘি-তব্র পাম্বীবা ললথুমনচিংবা অফ-মুঙাই পূম্নমকপু পীনবী-হৈবা অগ্নিনা নত্রগা ভগবাননা পেনবিষ্ঠনা অফ-মুংঙাই অপূম্বা

---

* মীগী ভৌবীবা ওইরবদি অমুক গোত্রস্য শ্রীঅমুকদেব শর্ম্মণঃ হায়গনি অত্থুগা ‘সম্প্রদদে’ গী মহুত্তনা সম্প্রদদানি হায়গনি।

যজুর্ব্বেদ চৎপশিংগী—

২। ওঁ যজ্জাগ্রতো দূরমুদৈতি দৈবং তদু সুপ্তস্য তথৈবৈতি।
দূরং গমং জ্যোতিষাং জ্যোতিরেকং তন্মে মনঃ শিবসংকল্পমস্তু॥ ৩৪ অঃ ১ক যজুঃ

পিণ্ড ১৯ বু ষোড়শ পিণ্ড নত্রগা পিতৃ-ষোড়শী হায়না কৌনৈ। মমায় মখা ওনবা রেখা ৫ গী মথক্তা নোংচুপ ওনবা রেখা ৬ চিংলগা কা ২০ থোকই; মতুগী মথক্তা মতোয়া মখা ওনবা কুশ থাগনি। থারিবা কুশ মথক্তা থোয়দিং য়ানবা ঈশিংনা পিতৃ-পুরুষ (ইপা-ইপু) আবাহন তৌবগী পূজা কৎকনি। মন্ত্রদি -

---

ফংহনবীনবা ধ্রুবগহনা কোৎলগা সোম নত্রগা ঘিনা চমস (হোমজৈ) থলহন্দুনা ইবুংঙো মঙোন্দা কৎচৌ॥ ৭ম-১৬ সূ-১১ ঋঃ

২। জীবনা তুমজিৈন্দা মঙ-হাদা থাপ্পা চৎলুরবস্থু অমুক হল্লক্তুনা হকচাংদা তুংলবা, মিৎনচিংবা ইন্দ্রিদগীদি য়াম্না হেন্না অপল অল্লই পুন্নমকপু ফাওদোক্তুনা চৎপা ওম্বা, আত্মাবু মশক খঙহনবা হায়বদি থম্মোইগী অমম্বা কোকহন্দুনা অঙানবগী মশক ওইরবা শ্রীভগবানগী রাথলদা নাকোঙনচিংবা ইন্দ্রিশিংবু লমজিংবা ওম্বা অতুওম্বা ঐগী পুক্লীং অসিনা মঙ্গলগী মশক ওইরবা ধর্ম্মগী বিষয়তবু পামজবা ওইসনু হায়বদি পাপকী রাথল থক খন্দবা ওইসনু।

১। ওঁ অস্মৎকুলে মৃতা যে চ গতির্যেষাং ন বিদ্যতে।
আবাহয়িষ্যে তান্ সর্ব্বান্ দর্ভপৃষ্ঠে তিলোদকৈঃ॥

২। ওঁ মাতামহকুলে যে চ গতির্যেষাং ন বিদ্যতে।
আবাহয়িষ্যে তান্ সর্ব্বান্ দর্ভপৃষ্ঠে তিলোদকৈঃ।

৩। ওঁ বন্ধুবর্গকুলে যে চ গতির্যেষাং ন বিদ্যতে।
আবাহয়িষ্যে তান্ সর্ব্বান্ দর্ভপৃষ্ঠে তিলোদকৈঃ।

মথংদা কুশ মথক্তা মথাগী মন্ত্র অসিনা জলাঞ্জলি ( ঈশিং খুজোক ) পীগনি। মতুদি—

ওঁ আব্রহ্মস্তম্বপর্য্যন্তং দেবর্ষি পিতৃমানবাঃ।
তৃপ্যন্তু পিতরঃ সর্ব্বে মাতৃ মাতামহাদয়ঃ॥
অতীত কুল কোটীনাং সপ্তদ্বীপ নিবাসিনাম্।
আব্রহ্মভুবনাল্লোকাদিদমস্তু তিলোদকম্॥

---

১। ঐগী শাগৈদা শিখিবা, লানবা ঙমদ্রবশিং অদুবু থোয়দিং য়ানবা ঈশিং অসিনা কুশ থারিবা মথক অসিদা লাকপিনবা ঐনা কৌজরি।

২। ইমা পোকপা ইপুগী শাগৈদা শিখিবা লানঙমদ্রবশিং···

৩। চান্নবা মরূপ মপাংনচিংবগী শাগৈদা শিখিবা············

অর্থ—তাইবঙ্, মপুদগীনা অচম্বা, নাপী শীংবী ফাওবা লাই, ঋষি অমদি লাই ওইথ্রবা ইশা ইপু পুম্নমক অমসুং ইমা পোকপা ইপু ইবুধৌনচিংবা পুম্নমক, দ্বীপ তরেৎমক্তা লৈথ্রবা শাগৈ-নাতৈ কোটি কোটিদগীসু হেনথ্রবা ব্রহ্মাদগী হৌদুনা লোক পুম্নমক্তা লৈবা জীব পুম্নমক — থোয়দিং য়ানবা ঈশিং অসিনা পেল্লসনু।

মথংদা থাৱিবা কুশ মক্করোমদগী হৌনা মন্ত্র অমমম মথং মথং থাহনা ইপাইপুগী মথং মনাউ কায়দনা পরেং খুদিংগী ৫। ৫ ওইনা চীংথৈথংবা কাচিন্দগী হৌনা থংনবা পরেং অহুমদা মথা মথাদগী হৌরগা মথক মথক্কী কা লানথহনা পিণ্ড ১৫ থক পীগনি। অহুগা নোংচুপ থংবা অরোইবা পরেংদনা মথা ইথং থংবা ( মোইরাং লায়জী পাংবা ) কা অহুমদি থাদোক্লগা অরেম্বা কা ৪ অহুদা পিণ্ড পীগনি। পিণ্ড পীবগী মণ্ডদি অসিনি। মথাদা মহু অমুক য়েক্তনা তাকলি মহুদি :—

নোংপোক

অৱাং

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| → | | | | |
| → | | | | |
| → | | | | |
| → | | | | × |

মথা

তেঞৈ পীরিবা অসিদগী হৌনা পিণ্ড পীগনি। পরেং অসিনা লোইরগা মথংগী পরেংগী মথা ইথং থংবা কা-দগী অমুক হৌনা পীগনি। মথংগীসু অমুম্না চথগনি। অমুম্না পীবনা অৱাং-নোংচুপ থংবা পরেং অসিনা অরোইবা হৌকম ওইগনি। মথাদা মন্ত্র মথং মথং তাকলি মহুদি :—

১। ওঁ অস্মৎকুলে মৃতা যে চ গতির্যেষাং ন বিদ্যতে।
তেষামুদ্ধরণার্থায় ইমং পিণ্ডং দদাম্যহম্॥
২। ওঁ বন্ধুবর্গকুলে যে চ গতির্যেষাং ন বিদ্যতে।
তেষামুদ্ধরণার্থায় ইমং পিণ্ডং দদাম্যহম্॥
৩। ওঁ মাতামহকুলে যে চ গতির্যেষাং ন বিদ্যতে।
তেষামুদ্ধরণার্থায় ইমং পিণ্ডং দদাম্যহম্॥
৪। ওঁ অজাতদন্তা যে কেচিৎ যে চ গর্ভপ্রপীড়িতাঃ।
তেষামুদ্ধরণার্থায় ইমং পিণ্ডং দদাম্যহম্॥
৫। ওঁ অগ্নিদগ্ধাশ্চ যে কেচিৎ নাগ্নিদগ্ধাস্তথাপরে।
বিদ্যুচ্চৌরহতা যে চ তেভ্যঃ পিণ্ডং দদাম্যহম্॥

---

১। ঐগী শাগৈদা শিখিবা, লানবা ঙমদনা লৈবশিং অহুগী লাম্নবগীদমক ঐনা পিণ্ড অসি পীজরি।

২। মরূপ মপাং, বাড়ীসম্বন্ধ অমদি ভাই-শেন-নচিংবগী শাগৈদা শিখিবা লানঙমদ্রবশিং অহুগী লাম্নবগীদমক ঐনা পিণ্ড অসি পীজরি।

৩। ইমা পোকপা ইপুগী শাগৈদা শিখিবা লানঙমদ্রবশিং অহুগী লাম্নবগীদমক ঐনা পিণ্ড অসি পীজরি।

৪। ময়া হৌদ্রিঙৈদা অঙাংওইনা শিখিহনা মমাবু গর্ভপুবগী অৱাবতমক পীরম্বা মথোয় অহুগী লাম্নবগীদমক ঐনা পিণ্ড অসি পীরি।

৫। মৈনা চাক্তুনা শিখিবা, শিরগা হৌনবী সংস্কার তৌথিদ্রবা, বজ্রনা থাদুনা শিখিবা অমদি হুরানবা ডাকুনা হাত্তুনা শিখিবা মথোয় অহুগী লাম্নবগীদমক ঐনা পিণ্ড অসি পীরি।

৬। ওঁ দাবদাহে মৃতা যে চ সিংহব্যাঘ্রহতাশ্চ যে।
দংষ্ট্রীভিঃ শৃঙ্গিভির্ব্বাপি তেভ্যঃ পিণ্ডং দদাম্যহম্॥
৭। ওঁ উদ্বন্ধনমৃতা যে চ বিষ-শস্ত্রহতাশ্চ যে।
আত্মোপঘাতিনো যে চ তেভ্যঃ পিণ্ডং দদাম্যহম্॥
৮। ওঁ অরণ্যে বর্ত্মনি বনে ক্ষুধয়া তৃষ্ণয়া হতাঃ।
ভূত-প্রেত-পিশাচাশ্চ তেভ্যঃ পিণ্ডং দদাম্যহম্।
৯। ওঁ রৌরবে চান্ধতামিস্রে কালসূত্রে চ যে স্থিতাঃ।
তেষামুদ্ধরণার্থায় ইমং পিণ্ডং দদাম্যহম্।
১০। ওঁ অনেকযাতনাসংস্থাঃ প্রেতলোকে চ যে গতাঃ।
তেষামুদ্ধরণার্থায় ইমং পিণ্ডং দদাম্যহম্।

---

৬। লম্মৈনা চাকথিবা, কৈ-নোংশানচিংবা ময়াপানবা নগ্রগা মচি পানবনা হাত্তুনা শিথিবা মথোয় অত্থগীদমক ঐনা পিণ্ড অসি পীরি।

৭। থোরীয়ান্দুনা, হু-চাত্থনা নগ্রগা থৃংলাইমা থিন্দুনা মথন্তা শিজথিবা মথোয় অত্থগীদমক ঐনা পিণ্ড অসি পীরি।

৮। অচীকপা লম্খী লমথাঙ্দা, বন মমুংনচিংবদা অরাম-খৌরাংবনা লাকহত্তুনা শিথিবদগী লানঙমদনা ভূত-প্রেত-পিশাচন-চিংবা ওনগ্রবা মথোয় অত্থগীদমক ঐনা পিণ্ড অসি পীরি।

৯। মৈনাচিংবা অশাবা নরক-তা ঙৌদুনা অবাবা থাঙগ্রবা, শূক্লা মমগ্রবা নরক-তা অঙানবা উদনা লৈগ্রবা, কালসূত্রগী লাংদা থুদুনা অবা অনা থাঙগ্রবা মথোয় অত্থগী লান্নবগীদমক ঐনা পিণ্ড অসি পীজরি।

১০। প্রেত লোকতা লৈত্থনা অয়াম্বা নরক-কী অবাবা থাঙ-লিবা মথোয় অত্থগী লান্নবগীদমক ঐনা পিণ্ড অসি পীজরি।

১১। ওঁ অনেকযাতনাসংস্থা যে নীতা যমকিঙ্করৈঃ।
তেষামুদ্ধরণার্থায় ইমং পিণ্ডং দদাম্যহম্॥
১২। ওঁ নরকেষু সমস্তেষু যাতনাসু চ যে স্থিতাঃ।
তেষামুদ্ধরণার্থায় ইমং পিণ্ডং দদাম্যহম্॥
১৩। ওঁ পশুযোনিগতা যে চ পক্ষিকীটসরীসৃপাঃ।
অথবা বৃক্ষযোনিস্থাস্তেভ্যঃ পিণ্ডং দদাম্যহম্॥
১৪। ওঁ জাত্যন্তরসহস্রেষু ভ্রমন্তঃ স্বেন কর্ম্মণা।
মানুষ্যং দুর্লভং যেষাং তেভ্যঃ পিণ্ডং দদাম্যহম্॥
১৫। ওঁ দিব্যন্তরীক্ষভূমিষ্ঠাঃ পিতরো বান্ধবাদয়ঃ।
মৃতা অসংস্কৃতা যে চ তেভ্যঃ পিণ্ডং দদাম্যহম্॥

---

১১। যমগী মনাইশিংনা পুখিদুনা য়াক্লা বানা লাক্লবিরবা মথোয় অতুগী লাম্নবগীদমক ঐনা পিণ্ড অসি পীজরি।

১২। নরক পুম্নমক্তা অয়াবা মথক মথক খাঙতুনা লৈরিবা মথোয় অতুগী লাম্নবগীদমক ঐনা পিণ্ড অসি পীজরি।

১৩। কর্ম্মগী ফলনা শাগী ববুক্তা চঙথবা, উচেক লিক্লচিংবা মথুক্লা-চৎপা জীব অমদি কৌজেঙ-হায়েনচিংবা-তীল-কাঙ অমত্তুং লৈবাক্তগী ছোবা পাম্বী ওইনা পোকথবা মথোয় অতুগীদমক ঐনা পিণ্ড পীজরি।

১৪। মশাগী কর্ম্ম ফলনা মী-ওইনা-পোকপা ফংদনা তোঙান তোঙানবা মপোক লীশীং লীশীং ওইনা পোক্তুনা অয়ুক কোয়না লৈদুনত্তা লৈরবা মথোয় অতুগীদমক ঐনা পিণ্ড পীজরি।

১৫। অন্নাংবা শূন আতিয়াদা নক্লথা লৈমায় মথক্তা লৈক্লবা

১৬। ওঁ যে কেচিৎ প্রেতরূপেণ বর্ত্তন্তে পিতরো মম।
তে সর্ব্বে তৃপ্তিমায়ান্তু পিণ্ডদানেন সর্ব্বদা॥
১৭। ওঁ যেঽবান্ধবা বান্ধবা বা যেঽন্যজন্মনি বান্ধবাঃ।
তেষাং পিণ্ডো ময়া দত্তোঽপ্যক্ষয্যমুপতিষ্ঠতাম্॥
১৮। ওঁ পিতৃবংশে মৃতা যে চ মাতৃবংশে চ যে মৃতাঃ।
গুরুশ্বশুরবন্ধুনাং যে চান্যে বান্ধবা মৃতাঃ।
যে মে কুলে লুপ্তপিণ্ডাঃ পুত্রদারবিবর্জ্জিতাঃ।
ক্রিয়ালোপগতা যে চ জাত্যন্ধাঃ পঙ্গবস্তথা।
বিরূপা আমগর্ভাশ্চ জ্ঞাতাজ্ঞাতাঃ কুলে মম।
তেষাং পিণ্ডো ময়া দত্তোঽপ্যক্ষয্যমুপতিষ্ঠতাম্॥

---

ইপা ইপু, মরূপ মপিজা অমদি শিরগা হৌনবী তৌখিত্রবা ( সংস্কার তৌদনা শিখিবা ? ) লানঙমদ্রবশিং অহ্নগীদমক্তা ঐনা পিণ্ড পীজরি।

১৬। লানঙমদহ্ননা প্রেত ওইনা লৈবা ইপা ইপু কনাগুম্বা য়াওরম্নবস্তু—ঐনা পীজরিবা পিণ্ড অসিনা মখোয়না মতম পূম্নমক্তা পেনবিরসন্নু।

১৭। মরূপ নৎপা নত্তবা অমদি মপোক অমদা লুনা তিন্নবা মরূপ ওইরম্বা মখোয় অহ্নগীদমক ঐনা পীজরিবা পিণ্ড অসিনা পেনবা ওইসন্নু।

১৮। ইপাগী অমদি ইমাগী শাগৈদা শিখিবা, ঐগী গুরু অমদি ইকুগী শাগৈ নাতৈনচিংবগী মরূপ মপাং অতৈ শিনখিবা—ঐগী শাগৈদা মতু-মচা লৈতবদগী পিণ্ড পীবিনবা লৈখিত্রবা, পোকপদগী মমিৎ তাঙহ্ননা নঙ্গ্রগা মখোঙ, তেক্তনা অফবা থবক

১৯। ওঁ আব্রহ্মণো যে পিতৃবংশজাতা মাতুস্তথা
বংশভবা মদীয়াঃ।
কুলদ্বয়ে যে মম দাসভূতা-ভৃত্যাস্তথৈবাশ্রিত সেবকাশ্চ।
মিত্রাণি সখ্যঃ পশবশ্চ কীটা দৃষ্টাশ্চাদৃষ্টাশ্চ কৃতোপকারাঃ।
জন্মান্তরে যে মম দাসভুতাস্তেভ্যঃ স্বধা (সদা)
পিণ্ডমহং দদানি॥

---

অমত্তসু পাঙথোকলম্বা ঙমখিত্রবা, মীওইবগী শকফম কায়না পোক-খিবা, গর্ভদগী মাঙ্খিবা—অসিগুম্বা অখঙ্বা খঙ্দবা ঐগী শাগৈদা য়াওখিবা পুম্নমক অহুনা ঐনা পীরিবা পিণ্ড অসিনা পেনবিবা ওইসনু।

১৯। তাইবঙ্-মপুদগী হৌহুনা ইপাগী শাগৈ, ইমাগী শাগৈ অনিমক্তা ঐগী মীনাই ওইখিবা, ঐনা য়োকপি থাকপিখিবা, ঐগী শেগা তাংখিবা, ঐগী সেবা তৌখিবা—শকখঙ্-মায়খঙনখিবা, ঐবু য়াইফহন্নিঙ্বা মরূপ ওইনা তিন্নাখবা—শাগী জাৎ অমাদি তৌল-কাঙ-নচিংবগী জাৎ—খঙ্না অমাদি খঙ্দনা উনা অমদি উদনা ঐগী কান্নবা কয়া তৌবীখিবা পুম্নমক—অহুগা মপোক অমদা মমল পীহুনা লৈবা ঐগী ইনাই ইশন ওইনখিবা—অহুগুম্বা মখোয় পুম্নমক অহুগীদমক ঐনা পিণ্ড পীজরি।

---

য়েংগদবা—ষোড়শ-পিণ্ডদান অসিনা পুংলিঙ্গদা ঙাক্তা লেংবনা কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা পুক্কিংগী পেন্দবা কোক্রবা মন্ত্রগী মহুংদা য়াওরিবা যে চ, যেষাং, তেষাং—অহুম অসিবু মথংশিংনা যাচ, যাষাং তাষাং হায়না স্ত্রীলিঙ্গদা ওন্থোক্‌না নুপীগী ওইনা অমম্ব তোপ্পা তৌনবা য়াওই। মথংদা লাকদৌরিবা মাতৃ-ষোড়শী হায়বশিনা অপোকপী ইমাগী অপুনবা শক্তমতগী ওইনা তৌখিবনা লানচমন্ত্রবী অতোপ্পী নুপীশিং অহুগীদমক ওইনা অমা তোপ্পা তৌনীংবশিংনা তৌনবা মওঙ্নি।

# মাতৃ-ষোড়শী

মথংদা মাতৃ-ষোড়শী তৌগনি, অয়াম্বনদি মসি গয়া শ্রাদ্ধদা তৌনৈ।

অপোকপী মমাগী লম্ঘন্দি মচানা খক শিংবা ঙমদে হায়নৈ। ইপাদি স্বর্গফাওবদনি; অদুগা অপোকপী ইমাদি মহুদগীসু হেন্না ৱাংবীনি। অসিগুম্বী ইমাগী পেন্নবা তৌবদি মচা খূদীংমক্কী মথৌনি। মথাগী মন্ত্রশিং অসিনা ফোঙ্‌দোক্লিবা অর্থশিং অসি য়েংশিল্লবদি মমা ওইবীনা মচাগীদমক কয়াগী মতিক ৱাখিবগে হায়বসি শেংনা খঙ্‌গনি। মমানা মচা খূদীংমকপু ৱানা ৱানা য়োকই হায়বগী মখৈদি পুন্নমক্না খঙৈ অদুবু মন্ত্রশিং অসিনা ফোংদোকলিবা ভাবশিং অসি য়ৌনদি খক খস্থনরুদে। শোল্লিবা মন্ত্র খূদীংমক্না মহু পুন্নমক তশেং তশেংনা ফোংদোকলি—

১। ওঁ গর্ভান্তঃস্থেন গমনে দুঃখং বিষম-বর্ত্মনি।
তস্য নিষ্‌ক্রামণার্থায় মাতৃপিণ্ডং দদাম্যহম্‌॥

২। ওঁ যাবৎ পুত্রো ন ভবতি তাবন্মাতুশ্চ শোচনং।
তস্য নিষ্‌ক্রামণার্থায় মাতৃপিণ্ডং দদাম্যহম্‌॥

---

১। গর্ভ পুনা পুনা তঙাইফদবা থবক-থনাগীদমক খুদোংথীবা লম্বীদা চত্তুনা ইমানা অৱাবা মায়োক্নখিবগী দোষ অহু কোক্নবগীদমক ঐনা ইমাগী পিণ্ড পীজরি।

২। মচানিগা অমত্তা ফংদে হায়হুনা ইমানা পুক্নীং য়াম্না ৱাখিবা অহু কোক্নবগীদমক ঐনা ইমাগী পিণ্ড পীজরি।

৩। ওঁ মাসি মাসি কৃতং কষ্টং বেদনা প্রসবেষু চ।
তস্য নিষ্ক্রামণার্থায় মাতৃপিণ্ডং দদাম্যহম্।

৪। ওঁ সম্পূর্ণে দশমে মাসি অত্যন্তং মাতৃপীড়নং।
তস্য নিষ্ক্রামণার্থায় মাতৃপিণ্ডং দদাম্যহম্॥

৫। ওঁ মাঘে মাসি নিদাঘে চ শিশিরাতপ দুঃখিতা।
তস্য নিষ্ক্রামণার্থায় মাতৃপিণ্ডং দদাম্যহম্॥

৬। ওঁ পুত্রে ব্যাধিসমাযুক্তে মাতা হা ক্রন্দকারিণী।
তস্য নিষ্ক্রামণার্থায় মাতৃপিণ্ডং দদাম্যহম্॥

৭। ওঁ দিবারাত্রৌ চ যা মাতা দদাতি নির্ভরং স্তনৌ।
তস্য নিষ্ক্রামণার্থায় মাতৃপিণ্ডং দদাম্যহম্॥

---

৩। গর্ভ পুরিবৈদা থা থাগী ইম'না নংথবা অৱাবা অমদি পোকপা মতমদা ফংহনখিবা চৈনাখোলনচিংবা পুন্নমক অহু কোক্ল-বগীদমক ঐনা ইমাগী পিণ্ড পীজরি।

৪। থা ১০ মপুং ফারবদা ইমাবু য়াম্না হেন্না ৱাহনখিবগী দোষ অহু কোক্লবা ঐনা ইমাগী পিণ্ড পীজরি।

৫। মীরোল্লিবৈদা ইমাবু ৱাকচোং থাগী উনমরক্তা অমদি য়াক্লবা কালেন মুংশা মরক্তা ৱাহন নংহনখিবা অহুগুম্বা অঙৈং অশা অহুগী দোষ কোক্লবা ঐনা ইমাগী পিণ্ড পীজরি।

৬। মচানা ফত্তবা লায়থুংনচিংবা পক্লবদা মমাবু তেংথা নাউ-ওইনা কপহনখিবা, অহুগুম্বা দোষ অহু কোক্লনবা ঐনা ইমাগী পিণ্ড পীজরি।

৭। অহিং হায়বা মুংথিল হায়বা নাইদনা অতৎপা চৈতনা

৮। ওঁ পিবেচ্ছ কটুদ্রব্যানি ক্কাথানি বিবিধানি চ।
তস্য নিষ্ক্রামণার্থায় মাতৃপিণ্ডং দদাম্যহম্॥
৯। ওঁ ক্ষুধয়া বিহ্বলে পুত্রে চান্নং মাতা প্রযচ্ছতি।
তস্য নিষ্ক্রামণার্থায় মাতৃপিণ্ডং দদাম্যহম্॥
১০। ওঁ পত্ন্যাং জনয়তে পুত্রোজননীঃ পরিবেদনং।
তস্য নিষ্ক্রামণার্থায় মাতৃপিণ্ডং দদাম্যহম্॥
১১। ওঁ দুর্লভং ভক্ষদ্রব্যঞ্চ যাবৎপুত্রোঽস্তি বালকঃ।
তস্য নিষ্ক্রামণার্থায় মাতৃপিণ্ডং দদাম্যহম্॥

---

মচাবু অমুত ইনবাবদা খাঙ্হনাখিবা অহুগুম্বা অৱাবগী দোষশিং অহু কোরুনবা ঐনা ইমাগী পিণ্ড পীজরি।

৮। মচাবু য়াইফহন্নবগীদমক্তা ( নাহন য়েকহন্দনবা ) মৈদা কুংনা লোল্লবা অখা-অয়াক কয়া থকপগী অৱাবা খাঙ্খিবা, অহুগুম্বা দোষ অহু কোরুবা ঐনা ইমাগী পিণ্ড পীজরি।

৯। মপুক লাম্বনা তৎলবদা মচাবু চাক পীজহুনা মবুক থলহন্নবা হোৎনবদা খাঙ্হনখিবা অৱাবা ( মশাগী শক্লক থাকখিদবা, লৈতবদা ফংনবা হোৎনখিবনচিংবগী অৱাবা ) অহুগী দোষ কোরুবা ঐনা ইমাগী পিণ্ড পীজরি।

১০। গর্ভদা লৈরিবৈদা মচাগী মখোঙ্ অনিমক্তা কাওবা খোৎপা তৌহুনা ঋাহনাখবা, অহুগুম্বা দোষ অহু কোরুনবা ঐনা ইমাগী পিণ্ড পীজরি।

১১। অপীকপা অঙাং ওইরিবা মচাবু পীজ-পীথক্লীংবদা মনীং থুংনা পীজনবা ফংদবদগী অৱাবা পোকখিবা, মহুগী দোষ অহু কোরুনবা ঐনা ইমাগী পিণ্ড পীজরি।

১২। ওঁ রাত্রৌ মূত্রপুরীষাভ্যাং ভিদ্যেতে মাতৃকর্পটৌ।
তস্য নিষ্ক্রামণার্থায় মাতৃপিণ্ডং দদাম্যহম্ ॥
১৩। ওঁ গাত্রভঙ্গে ভবেন্মাতুর্মৃত্যুরেব ন সংশয়ঃ।
তস্য নিষ্ক্রামণার্থায় মাতৃপিণ্ডং দদাম্যহম্ ॥
১৪। ওঁ যমদ্বারে মহাঘোরে যৎস্যান্মাতুশ্চ শোচনং।
তস্য নিষ্ক্রামণার্থায় মাতৃপিণ্ডং দদাম্যহম্ ॥
১৫। ওঁ অগ্নিনা শোষয়েদ্দেহং ত্রিরাত্রোপোষণেন চ।
তস্য নিষ্ক্রামণার্থায় মাতৃপিণ্ডং দদাম্যহম্ ॥
১৬। ওঁ শৈথিল্যং প্রসবে প্রাপ্তে মাতা বিন্দতি দুষ্করং।
তস্য নিষ্ক্রামণার্থায় মাতৃপিণ্ডং দদাম্যহম্ ॥

---

১২। অহিংদা মচাগী মথী-মমুংনা হীগদম চোংহনবদগী রাখিবা অত্থুগুম্বা দোষ অহু কোক্লনবা ঐনা ইমাগী পিণ্ড পীজরি।

১৩। গর্ভদা লৈরিবা মচানা মথোঙ্ মথুং অমদি মশা অতৈদা তেকপা-কায়বনচিংবা ফীবম কায়বা ওইরক্লবদা মমাবু লেপ্পমক শিবা য়ানা রাহনখিবা অত্থুগুম্বা দোষ অহু কোক্লনবা ঐনা পিণ্ড পীজরি।

১৪। মচাগী অকবা ওইহন্নীংহুনা তৌরুবা—নত্তবা ওইদবা ( অয়ানবা ) কয়াগী দোষনা ইমানা অকিবা ফংলবা যমগী থোঙ্দা অরাবা অকিবা নংখিবা— অত্থুগুম্বা দোষ অহু কোক্লনবা ঐনা ইমাগী পিণ্ড পীজরি।

১৫। মৈনীং কুমলিভৈদা অহানবা মুমিং হুমনি চরা হেলহন-বদগী অরাম থৌরাং-মৈরিনা চাকথেক্তুনা ইমাবু অরাবা থাঙ্হনখিবা অত্থুগুম্বা দোষ অহু কোক্লনবা ঐনা ইমাগী পিণ্ড পীজরি।

অসিগী তুংদা পিণ্ড পুন্নমকী মথক্তা য়েংওইননা কোয়না অসুম থোয়দিং য়ানবা ঈশিং থীরুনি। মতুগী মন্ত্রদি :—

**ওঁ যে চ বো যে চাস্মান্ যাশ্চ বো যাশ্চাস্মাংস্তেচ বিহস্তব্যং তাশ্চ বিহস্তাঃ তৃপ্যন্তু ভবন্তস্তৃপ্যন্তু গোত্রান্ পুত্রানভিতর্পয়ন্তীরাপো মধুমতীরিমাঃ। স্বধা পিতৃভ্যো (মাতৃভ্যো) অমৃতং দুহানা আপোদেবীরুভয়াং স্তর্পয়ন্তু তৃপ্যন্তু তৃপ্যত তৃপ্যত তৃপ্যত।**

মথংদা খুং লোয়তনা মাতৃ-স্তোত্র পাঠ তৌতুনা খুরুমগনি মতুদি—

**ওঁ মাতা ধরিত্রী জননী দয়ার্দ্রহৃদয়া সতী।**
**দেবী ভূ-রমনীশ্রেষ্ঠা নির্দ্দোষা সর্ব্বদুঃখহা॥ ১**

---

১৬। অঙাং উন্নবদা হকচাং-কায়াং পুন্নমক কোমথ হীকথ-হন্দুনা ইমাবু বাহনখিবা অতুগুম্বা দোষ অতু কোরুবগীদমক ঐনা ইমাগী পিণ্ড পীজরি।

ঐখোয় পুন্নমক নখোয়গীনি, নখোয়সু ঐখোয়গীনি, নখোয়না ঐখোয়বু য়াইফহনবীগদবনি, ঐখোয়নসু নখোয়বু পেলহঞ্জফম থোকই, নখোয় পুন্নমক্তা পেনবীয়ু, গোত্র অতৈনসু পেনবীসনু, নখোয়গী নচা নশু ওইবা ঐখোয় পুন্নমক্তা অমৃতগী মশক ওইরবা ঈশিংনা তর্পণ কচ্চরি। ঈশিং কৌবী লাই:রম্বা অসিবু অমৃতগী মশক ওইনা ইমা ইপা পুন্নমক্তা কচ্চরি—পেনবীয়ু পেনবিয়ু পেনবিয়ু।

ইমাগী মিং কুনমঙানি মতুদি—

১। মাতা—( ইমা )। ২। ধরত্রী ( লৈপাকলৈমগী মশক ওইবী )

আরাধ্যা পরমা মায়া তুষ্টিঃ শান্তিঃ ক্ষমা গতিঃ।
স্বাহা স্বধা চ গৌরী মা পদ্মা চ বিজয়া জয়া ॥ ২
দুঃখহন্ত্রী চ নামাণি মাতুর্ব্বৈ পঞ্চবিংশতিঃ।
শ্রবণাৎ পঠনান্মর্ত্ত্যং সর্ব্বদুঃখাদ্ বিমুচ্যতে ॥ ৩
দুঃখবান্ সুখবান্ বাপি দৃষ্ট্বা মাতরমীশ্বরীম্।
মহানন্দং লভেন্নিত্যং মোক্ষং বা চোপপদ্যতে ॥ ৪
ইতি—তে কথিতং বিপ্র মাতৃস্তোত্রং মহাগুণম্।
পরাশরমুখাৎ পূর্ব্বমশ্রৌষং মাতৃসংস্তুতৌ ॥ ৫
যঃ স্তৌতি মাতরং সাক্ষাৎ পাদাব্জং প্রণিপত্য চ
প্রায়শ্চিত্তী পাপমুক্তো দুঃখবাংশ্চ সুখী ভবেৎ ॥ ৬
ইতি বৃহদ্ধর্ম্মপুরাণে মাতৃস্তোত্রং সমাপ্তম্।

---

৩। জননী (অপোকপী), ৪। দয়ার্দ্রহৃদয়া (থোজাল হৈবী) ৫। সতী (মপুরোয়বা নীংবী) ৬। দেবী (অথোইবী লাইরেম্বীগী মশক ওইবী) ৭। ভূ রমনী (তাইবঙ পানবগী পুক্লিং হূনবা মশক ওইবী) ৮। শ্রেষ্ঠা (খ্বায়দগী থোইদোকপী) ৯। নির্দ্দোষা (দোষ লৈতবী) ১০। সর্ব্বদুঃখহা (অৱাবা পুম্নমকপু থাঙ্‌হৈবী) ১১। আরাধ্যা (নীংজগদবী ওইবী) ১২। পরমা (অথোইবী ওইবী) ১৩। মায়া (মায়াগী মশক ওইবী), ১৪। তুষ্টিঃ (পেনবীহৈবী), ১৫। শান্তি (শান্তিগী মশক ওইবী), ১৬। ক্ষমা (ঙাকপি হৈবী) ১৭। গতি (মচা মশূশিংগী অৱা অনা কোকপিহৈবী, লমজীংবীহৈবী) ১৮। স্বাহা (মাতৃকা অমা) ১৯। স্বধা (মাতৃকা অমা) ২০। গৌরী (হুংপান অনিমক তরু তরুবী) ২১। মা (ইমা) ২২। পদ্মা (লক্ষ্মীগী মশক ওইবী) ২৩। বিজয়া (লানঙম্বী লাইরেম্বীগী মশক ওইবী) ২৪। জয়া (জয়গী মশক ওইবী) ২৫। দুঃখহন্ত্রী (অৱাবা কোকহৈবী)।

অহুগী তুংদা দণ্ডবৎ তৌহুনা 'মাতঃ ক্ষমস্ব' (ইমা ইবেম্মা ঙাকপিয়ু) হায়হুনা বিসর্জ্জন তৌগনি, বিসর্জ্জন তৌত্রিডৈদা দক্ষিণা তৌফম থোকই। দক্ষিণাগী সংকল্পদি :—

**বিষ্ণু বিষ্ণুরোঁ। তৎসদদ্য অমুক মাসি কৃষ্ণেপক্ষে অমুক-তিথৌ অমুকবাসরে অমুকগোত্রঃ শ্রীঅমুকদেবশর্ম্মা কৃতৈতৎ পিতৃ-ষোড়শী-মাতৃষোড়শী-পিণ্ডদানকর্ম্মণো সাঙ্গতার্থং দক্ষিণামিদম্ রজতখণ্ডং শ্রীবিষ্ণুদৈবতং যথা-নামগোত্রনাম্নে ব্রাহ্মণায় অহং দদে।"**

**( মীগী ওইরগনা দদামি )**

মথংদা খুং লোম্নহুনা থীগনি—

**"অনয়া দক্ষিণয়া সদক্ষিণমস্তু"**

মথংদদি সামবেদী তর্পণগী লোইশিল্লকপা পিতৃ নমস্কারগী মথংদগী চথবা মণ্ড, অহুগুম্না অহুম্মক তৌগনি।

---

অসিগুম্বা মাতৃস্তোত্র অসিবু তাজ-শোঞ্জরবদি অৱাবা পুম্নমক কোকই। অৱাবা লুংঙাইবা মীওই পুম্নমক্না লাইরেম্বীগী মশক ওইবী 'ইমাবু' উজবা ফংলবদি মতম লৈবা থিবীক্তা অথোইবা লুংঙাইবা ফংই, মোক্ষসু ( অৱা অনা কোকপা ) লায়না ফংই।

অসিগুম্বা অথোইবা গুণ চেল্লবা মাতৃস্তোত্রগী ৱারম অসি পরাশর ঋষিগী মচান্দগী মমাডৈদা তাখিবদগী হে বিপ্র, নংঙোন্দা অমুক তন্নিবনি। মমাগী মথোঙ, শোক্না থৃরুমজহুনা অসিগুম্বা স্তোত্র অসিবু পাঠ তৌজরবদি অৱানবা থবক তৌরুরবসু কোক্নবা মশক ওই, পাপ পুম্নমক কোৱই, অৱা-অনা ফংলবসু লুংঙাইবা ওইরকই।

বৃহদ্ধর্ম্ম পুরাণদা য়াওবা মাতৃস্তোত্রগী মশক্তি মসিনি।

# দীপান্বিতা উল্কাদান

মহালয়াগী— মুখ্যচান্দ্র আশ্বিন অমাবস্যাগী য়াচঙ্‌বা মতমদা ঈশিং মপান্দা অচৌবা মৈরা শেমত্তুনা থানবা, মৈগী পোঙ্‌ থাদবা চৎনৈ। ইমুং মাংগোন, পুত্রীমপান, তোর্ব্বান, মং অসিমচিংবদা থিগী নত্রগা থাউগী বত্তি নত্রগা কেগামদা মৈ থান্নে। পুম্নমক অসি মৈচাক মৈহৌনচিংবা তৌত্তুনা মীশি চাদনা শিথিবা মীশিংগী অকবা ওইনবা, হুনথিবদা মখোয়গী লম্বী ঙাম্নবা ওইনা তৌবনি।

অসিগুম্বা পিতৃনচিংবগী উল্কারগীদমক মৈরা থানবা অসিবু 'উল্কাদান' তৌবা কৌই। অদুবু মসিমকন্থ বৈষ্ণবশিংনা কার্ত্তিকমাসগী অধিদেবতা ওইবা শ্রীদামোদর ভগবানদা হাম্না কৎলগা অদুগুম্বা মৈরা অত্তুনা পিতৃশিংগী পেম্নবা তৌনৈ, মৈ থাম্নবা পোঙ্‌বু লাইদা কৎলগা পুং-ঈশৈ লোয়নননা মীয়ামগী সভাযাত্রা তৌত্তুনা পুরগা তুরেনগী ঈচেল মতুংইন্না মথায়োমদা তাউথহল্লি।

ব্রহ্মপুরাণনা হায়—অসিগুম্বা অমাবস্যা নুমিৎ অসিদা ভগবান বিষ্ণুনা দৈত্যশিংগী অকিবা কোকহনবীশ্রবদা লাইশিংনা ক্ষীরোদ সমুদ্রগী মপান্দা লৈবা চীংগী চীংয়াঙ মথক্তা নীংঙাইদনা তুমথুন ছুম্নখি, থম্বাল মরক্তা লক্ষ্মীসু পুক্নীং লৈতানা তুমথখি অমসুং যুগ লীশীং মরিগী তুংদা ব্রহ্মাসু থম্বাল মথক্তা তুমথখি। অসিগুম্বা লাইশিংগী নুংঙাইদনা তুমথুন হুম্নবা অসিগীদমক মীনা হৌমবী মতুং-ইন্না উৎসব ( কুশৈ থিয়োং ) তৌনবনি। অহানবদা য়াচঙবা মতমদা লক্ষ্মী পূজাগী হৌনবী তৌরগা, মথাদা হায়রিবা মকমশিং অসিদা

মথং মনাউ নাইনা মৈ থানবগী থবক তৌগনি, মতুদা লাইগী মন্দির লমলোঙ মরি কাংবা, মোংফম, তোর্ব্বান, চীংথক (চীং নাপোমনচিংবা) সনাখোংনাংনচিংবা উপাস্বীগী মখোঙ, যগগোল, কোম্বোঙ নত্রগা হোজঙনচিংবা, য়ুমগী ইমুং মাংগোল অসিনচিংবা মফমদা ভক্তিগা লোয়ননা মৈ পরেং পরেং থানগনি, মৈতনা উপাস্বী শানা থাম্নবস্থ য়াওই। কৈথেন, ছুকান অসিনচিংবস্থ নীংথিনা লৈপরেং অমদি ফিনচিংবনা লৈতেংগনি, মনম হুংশিবা ধূপকী মৈথু থুহনগনি।

অহানবদা চুথংলবা মৈ অদূবু স্তুতি তৌগনি :—

১। ত্বং জ্যোতিং শ্রীরবিশ্চন্দ্রো বিদ্যুৎসৌবর্ণতারকাঃ।
সর্ব্বেষাং জ্যোতিষাং জ্যোতির্দীপজ্যোতিঃস্থিতে
নমঃ॥

মথংদা মথাগী মন্ত্র অসিনা লাইদা মৈ কৎকনি মতুদি—

২। অগ্নিজ্যোতী রবিজ্যোতিশ্চন্দ্রজ্যোতিস্তথৈব চ।
উত্তমঃ সর্ব্বজ্যোতিনাং দীপোঽয়ং প্রতিগৃহ্যতাম্॥

মথংদা উষ্কাদানগী থবক তৌগনি। মতম অসিদদি নগুণ

---

১। নীংথিরবা হুমিৎ-থা, নোংথাঙ, সনা অমদি থবাম্মীচাক্র-চিংবা পোৎ পূম্নমক্কী অরংবা মঙান পূম্নমক অতু হে মৈরা মঙান! নঙোস্তদা লোইনা লৈবা ঙাক্তনি, অতুগুম্বা নহাকপু ঐনা থুরুমজে।

২। ঐখোয়না উনরিবা মৈগী মঙান, হুমিৎকী অমদি থাগী মঙাম্নচিংবা মঙান পূম্নমক অতুমক্রুদগীনু হেন্না ঙাল্লিবা অসিগুম্বা মৈরা অসিবু ( ইবুংঙো নংঙোন্দা ) কচ্চরি লৌবিয়ু।

ওন্ন-তৈননা থাংগনি, মায় মথা ওনগনি, মেৎকী থুত্তা কুশ পায়গনি।
মসিগী মন্ত্রশিং মথাদা উৎলি—

মৈ চুরবা মৈরা অহু পাইদুনা মন্ত্র অসি থীগনি মতুদি—

৩। ওঁ শস্ত্রাশস্ত্রহতানাঞ্চ ভূতানাং ভূতদর্শয়োঃ।
উজ্জ্বলজ্যোতিষা দেহং দহেয়ং ব্যোম্-বহ্নিনা॥

লৈমায়দা মৈরা অহু য়ুংসিন্দুনা কৎনবা মন্ত্র—

৪। ওঁ অগ্নিদগ্ধাশ্চ যে জীবা যেহপ্যদগ্ধাঃ কুলে মম।
উজ্জ্বলজ্যোতিষা দগ্ধাস্তে যান্তু পরমাং গতিম্॥

পিতৃশিংবু বিসর্জ্জন তৌবা ওইনা মৈগী পোত ঈশিংদা তাউথহনবগী মন্ত্রদি—

৩। চতুর্দ্দশী অমদি অমাবস্যা নুমিত্তা থুংলাইনা নত্রগা থুংলাই নত্তবনা শিথিবদগী হৌনবী সংস্কারনচিংবা তৌদতুনা লানবা ঙমদনা লৈরবা অহুগুম্বা থবায় পানবশিংগী মশা অহু ঐনা থাল্লিবা অরংবা আকাশকী মৈরি অসিনা চাকথেক্নুনা ( সংস্কার তৌবা শক্নুনা ) লানবা ওইরসনু।

৪। ঐগী শাগৈদা শিথিবা, মৈনা চাকখিবা অমদি চাকখিদবা হায়বদি লৈম্মৈচাকপা, য়ুম-চাকপনচিংবদা য়াংদুনা মীশি চাদনা শিথিবা নত্রগা চুম্না শিরবদসু শিবগী হৌনবী সংস্কারনচিংবা তৌবীখিদ্রবা মথোয় পুন্নমক অঙানবা মৈরি অসিনা চাকথেক্নুনা অথোইবা গতি ফংনবা ওইরসনু।

* মহালয়া - পিতৃপক্ষ মহুং অসি হুমাৎ খুদিংগী শ্রাদ্ধ শোনফম থোকপনি। ওংদবদগী অরোইব হুমিত্তদা ঐথোয়না মহালয়া-শ্রাদ্ধ শোনবনি।

৫। ওঁ যমলোকং পরিত্যজ্য আগতা যে মহালয়ে
উজ্জ্বলজ্যোতিষা বর্ত্ম প্রপশ্যন্তো ব্রজন্তু তে ॥

---

৫। যমলোক থাদোক্না মহালয়গী মশক ওইরবী পৃথিবী অসিদা লাক্লরবা অচুগুম্বা জীবশিং অচুনা অঙানবা মৈরা অসিনা লম্বী ঙাম্লহ্না চংনখিবা ওইরসন্নু।

---

লোইরবা